# নৈহৌ নাউফমলোল্

—: (0) :—

পুথোকচবা :—

শ্রীইরোম অমুবী সিংহ (পণ্ডিত)

খাগেমপল্লি পম্বক, ইম্ফাল।

# লৈহৌ নাউফমলোল্

পুথোকচবা :—
শ্রীইরোম অমুবী সিংহ
পণ্ডিত
থাংগমপল্লি পন্থক, ইম্ফাল।

ফোঙজবা :—
শ্রীইরোম অমুবী সিংহ

থংকম :—
অকোঙবগী য়ুম অমম্মুং
মণিপুর রিসার্চ সোসাইটি
ইম্ফাল, লোক্রাউবুং।

অহানবা নম্বা
এপ্রিল, ১৯৮১ ইং
কোপি—১০০০

মমল—লুপা ১৮

নম্বম :—বিদ্যাপতি প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি রার্কস,
সিংগা নাওরেম লৈকাই।

# য়াওফম তাকপা


| মমিং | লামায় |
| --- | --- |
| ১। লৈহৌ নাউফমলোল | — ১ |
| ২। লাইচন: | —২৭ |
| ৩। লয়হৌ নোংহৌ | —৩১ |
| ৪। লাইচং-লাইয়াং | —৪৯ |


————

# য়ারোল খরদং

শ্রীইরোম অমুবীনা অরিবা মৈতৈ পুরাগী লাইরিক মচাদি ওইরগা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা "লৈকৌ নাউকমলোন" পুথোকপিরে। মসিনা মৈতৈ জাতিগী হৌরককমগী শক্তাকপদা ওন্থোক্লা কান্নশ্রবা মরু ওইবা লাইরিক ওইরত্তা নত্তনঃ লমদম অসিগী জাতিগী ইতিহাসকী লম্বীদা অমদি পারোল-পেরোলগী হৌকম খিবদা ককত্তাওনরম্বা পুম্নমকী লমজিং মৈরা অমা ওটহল্লে হায়বগী রাখলদা তশেংনা শুংত্তাইদৈজে। খিবদা খিকম শুত্তলরোইদোবা হৌরককমগী অরুবা তাহকপু শ্রীঅমুবী অমদি শ্রীভোগেশ্বর অনিগী লাইরিক্লা অচৌবা থৌদাংগী শরুক য়াহনা লাইরিক অসিনা মৈতৈগী রিসার্চর ইচিল-ইনাওশিংগী থুত্তা লাম্থোকপিরকপা অসিমক জাতি অসিগী সেবা পামজবা মীওই ওইবনমি হায়বগী মশাগী পুকচেল ফোঙদোকচবা ওইনা থোকই। তুংগী আশা য়াম্না লৈরি। মজাতিগী থৌদাং হেন্না হেন্না লৌরকথিগনি, কান্নবা কয়া পীরকথিগনি হায়বগী থাজবা পুম্নমক পণ্ডিত অনিগী মফমদা মণিপুর রিসার্চ সোসাইটিগী রাখল থমজরি। মমা লৈবাকী অমদি মজাতিগী সেবা তৌবা ঙমবা ওইসনু।

য়ুম্নাম মহেন্দ্র
জেনেরেল সেক্রেটরী
মণিপুর রিসার্চ সোসাইটি
ইম্ফাল।

লোক্লাউবুং,
তাং ১৫।৪।৮১ ইং।

# ৱাহৌদোক

লৈহো নাউফমলোন, খায়নগী ইপা-ইপুশিংগী টাব্রুংগী পোৎ-থোক্নি। মসিনা হৌজিক মতমগী ইচা-ইনাও রিসার্চরশিংদা মথোয়-মথোয়গী ইতিহাস থিবগী লম্বীনা লম্মাংনবা অমদি লাইগী মশক ওইবা মশাগৈগেশিংগী মবুধৌ পুম্নমক্কী খোয়রী নাউফম তাকম খঙনিংলবদা ময়েক শেংনা তাকপা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিগী মমিং লৈহো নাউফমলোন হায়নবা পঞ্জরবস্তু অতোপপা য়াম্না মরু ওইরবা, খঙবদা কাম্নগদবা লাইরিক মচা ৩ অমগা পুনশিনজরগা লাইরিক অমত্তা ওইনা মিংথোনবসি পুথোকচৈ। অহানবগী লৈহো নাউফমলোন অসি ঐগী ইনাও শ্রীনিঙোম্বম মনিজাউনা য়াম্না রানা হোৎনবিদুনা হৌজিক্কী মীয়াম্না লায়না খঙবা য়ানবা বেঙ্গলি ময়েক্তা শিন্দোকপিরকখি। মথংগী সব-হেডিং ওইনা মাওরিবা লাইচন, লৈহো নোংহৌ লাইফুংথৌ ৯, অমদি লাইচৎ লাইয়াৎ অমম্তুং লাইচনগী শরুকশিং অসিনা ঐগী ইনাও শ্রীওইনাম তোগেশ্বরনা পীবিরকুনা লাইরিক অসিবু মপুং ফাহনবিখি। পঞ্জিরিবা লাইরিক মচাশিং অসিনা থোইদোক্না ময়ামগী মতেং খরদং ওইগত্রা খঞ্জরুই। মসিনা ইপা-ইপু ওইবা লাইশিংগী হৌরকফম অমম্তুং লাইরেম্বী-শিংদগী মথং মথং শাইওল্লকখিবা অতু নিঙথিনা তাক্নি। মরম অদুনা নৌনা রিসার্চ তৌরক্নিবা ইচিন ইনাওশিংগী মতেং ওইগত্রা খন্দুনা থৌদাং অসি লৌজরুবনি। মথক্তা পঞ্জখিবা ইনাও অনিগী

মকমদা ওথোক্লা চাউথ্রবা শিংঙমক্রবা লম্মুন তোনশিনখ্রে। অসিদা নত্তনা বিত্তাপতি প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি ৱার্কস, নাওরেম লৈকাইগী ৱার্কমশিং অমদি মেনেজরনা অচৌবা থৌদাং কয়া লৌবিখি। ইখঙ খঙদনা পুক্লিংগী অপাম্বা ঈথিলদগী পায়থচ্চরুবা অসিদা অরান-অহুই য়াওখিবা পুম্নমক মতুংগী থুৎনমদা চুমথোকচনবা য়াথং কিগাউ শাজরি।

শ্রীইরোম অমুবী

# লৈহৌ নাউফমলোল্

হয়ি হয়াহে লাইয়িংথৌবু থুরুমনা ইজরকে। মৈতৈ লৈপাকী শল্লাই মাপননা য়িমচাউ কা মাপন্দা লৈরম্বদগী চৎথোকখিয়ে। খঙনবা হায়গে। য়িমমাঙ কাদা লূরাংনা লৈয়ে। মথঙ কা অমদা চকপনা লৈয়ে। মথঙ কা অমদি লৈসাংথেমনা লৈয়ে। মথঙ অমদা উরোক উশাইনা লৈয়ে। ময়ায়গী কাদি নিংথেমনা লৈয়ে। মথঙ অমদি হৈরেম থুনচালনা লৈয়ে। মথঙ অমদি মোইরাংনা লৈয়ে। মথঙ অমদি খুমননা লৈয়ে। মথঙ অমদি ভানবলা লৈয়ে। অম্বুম্না য়িমচাউ কা মাপনমাদা লৈরময়ে।

অসিদগী নিংথেমনা ঙকসঙ্ সঙলাংমৈদা হোংয়ে।০। অঙোমনা কোম্থাদা চেলনে। অহুগা তুরেল অহুগী মাংমদা লৈয়ে। অসিদগী সনশেল খোংদা লৈয়ে।০। লূমাংনা কেক্রুপান্দা লৈয়ে। অসিদগী লাংকোন্দা হোংয়ে। অহুগা লূবাং চৌঙদা কাখিয়ে।০। থুমম্না কুমশঙদা হোংয়ে। অসিদগী য়াইরিপোক্তা লৈয়ে। অমরক মংথুদা লৈয়ে। মংথুদগী লৈকোয়দা হোংখিয়ে।০। থাবা-ভানবনা সঙলাংমৈদা হোংয়ে। অহুগা চাইথোক্সা লৈখিয়ে।০। চকপনা কাংপোকপীদা হোংয়ে। অহুগা লাঙকোন্দা লৈয়ে। অসিদগী

# লৈহো নাউকমলোল

লুরাং চৌওদা লৈয়ে •॥ হৈরেম খুনচাম্না কৌরিচৌওদা লৈয়ে •॥ উরোক-উশাইনা চৌওদা কাখি হাও ওইখিয়ে॥•॥ খোইপুংদা লৈবদি মোংবা হনবা ভুথুপতনে। অহুদগী চৌও কানা হাও ওই-খিয়ে। তারাউনা লোকলৌ পুওদা লৈরে। অহুদগী চৌও কানা হাও ওইখিযে।•। হুনি নারোং অনীবু মী পুকখিল-পাউখিল তানা কায়নহললে হায়না কানাতনা হুনিনা স্নথে ওদা চঙনা হিংনা ফুম্লগা নুঙনা নললে। নুঙ অহু নেংহৈদে। খঙও।•। নারোংনা লৈসাং হিদেল মপান্দা চঙনা ফুম্লগা নুঙনা নললে। নুঙ অহুস্থ নেংহৈদে। খঙও॥•॥ কুচুদি খাই নোংচেংপম নাইচানা স্তুমিং কাপ্পা মকমনে।•।

পুমসাইখোংদগী খোং অহুম থোকলে। খোং অমনা থাখোং কৌয়ে! মচু শংয়ে। ঈরাংতি স্ন সরিক, লুপা সরিক, চেঙ তরেং, নুঙতুম অমা, লাত্তোন অমদা থানা লাংলো। রাহায়দি—"য়াম্মা নঙনা য়াহীপও। ঈতৈমা নঙনা তৈথোকপীও" হাযনা লাংলো পুনসিপানে।

অমনা "লাইখোং" কৌয়ে। মচু ঙৌয়ে। ঈরাংতি কোন-য়ায় পু তরেংনা লাংলো, রাহায়দি—"লয়পাক নঙদি ফা, নোংথৌ নঙদি কুক্" হায়না হাইতোকও লৈপাক মরা চেংপানে। লৈমা নিংথৌ পুনসিয়ে।

ময়ায় খোংদি "মঙোং খোং" কৌয়ে। মচু ভাঙয়ে। ঈরাংতি কিরাল তরেং, লৈরম তরেং, কোনয়ায় পু তরেং, সিনা লাংলো,

রাহায়দি—"হা অরেমপা সেমতোকলো, অসাপা সাপীও পোক-পোক" হাইদোকও নিংপা থৈপীক থুংবনে।

অদু মতুংদা কুরু অতিংকোক সিদবনা লাইকম মরী চিং-খোকলকলে। পিস্নমনা মোংপা চীঙহুংহুং কৌয়ে। অদুদা কুরু মহাকনা লৈয়ে। অপোক-অশি লৈতবা লাইকম অমা লৈয়ে। লোইরেল ফিরালয়ায় কৌয়ে। অতিংঙা শিদবনা লৈয়ে। মচু ঙৌপনে। থমোয়দি লোইরেন থুলপীরোকনে। অতিয়া সিদবা লৈয়ে। মচু অমুপানে। লেলফুদি লোইরেন সনা পুঙনে। পাথংবনা লৈয়ে। মমিং অং কৌয়ে। মচুদি সনানে। মসিদি নীংনকমনে।

লুথমদি চাকসঙনে। লাইদি থাংচীঙনে। লুতুংদি পুঙ কৌয়ে। লাইদি কৌক্রুনে। লেলফু নাকন য়েংতি থাংপকনে। লাইদি নোংপোকনে। লেলফু নাকন ওয়দি ইললুমনে। লাইদি রাংব্রেননে। থাংচীঙদি মচু লংয়ে। মমিংদি সনা তমকা লৈয়োল-লাং তনৌবা কৌয়ে। কৌক্রুদি মচু লীকলানে। মমিংদি সনা লৈয়োল-লাং তনৌবা কৌয়ে। ফিসেংতি লোললৈনে। রাংব্রেনদি মচু অরংবনে। মমিংদি তকুপ তরংপা কৌয়ে। ফি-সেংতি সমচি হুকনে। পুকনীং শেংবা খোইহী, সলখোম অথুম-অহাওনা লাংলো। খুদক্তা য়াইকবা কংজৈয়ে। লৈদি নোংলৈশং, ইরিকশিবী, তিংখৌ অহুমনে।

অশিগী মথা ঈশিংগী মথংদা মকম অমা সেমদনা অশিবনা মকোক ১০০০ (লিশিং অমা), পামবোম ১০০০ (লিশিং অমা)

মখোঙ ১০০০ ( লিশিং অমা ) পাম্দনা হীপয়ে। অহুবু ঈশিং ঙংখি কৌয়ে। অহুদগী কুমস্তু খোং, কিস্থু খোং, পোনশী খোং, তুমু খোং, তাউপি খোং, নোংতম খোং, চরোয় খোং, তরেৎ অসি পোকয়ে। তাউবয়োল কৌবা তাউয়োইনাইনা নুঙমু তুমদবা মথক্তা য়াহীপ চাকচা তমবীয়ে। ঈশিং খোং তরেৎমককী মচুপি লীকলা মচুনে। নুঙকম অহুদি অহুদি সোকহৈদে। ঈরাংতি কবোক নাচল তরেৎ, য়াম, কোনয়াই পু মানা লাৎলো হক-চাংস্থুঙ কৈয়ে। মচা মশূ অকবা ফুঙাইবা কংয়ে।

খা খোংনা মশা তরেৎ পোকয়ে। মশা অমনা মৈপাক খোং কৌহুনা পোং মৈবাক মখোয়দা ফাওয়ে। মশা অমনা ময়াংখোং কৌহুনা তখেল ময়াংগী কমবাল মখাদা হোম্বিয়ে। খোং অমনা কা খোং কৌয়ে। কুস্থু পাখাম তুরেল মাপনমকতা ফাওরুইয়ে। খোং অমনা য়ামপি খোং কৌহুনা খাকি, পাসা ফাওনা মংকল খৈবীক্তা ফাওরুইয়ে। লম খরদা তিললে। খোং অমনা লাইচা ইচাউদা ফাওরুইয়ে। খোংসা অমনা মৈহন খোংজাউদা ফাওরুইয়ে। খোংসা অমনা নোংচুপকি উংরৈ পাৎকি ফুংশিং, ইশিং, মৈ তিম্না ঈশিং পোকপনে। অসিদি খাকপারোলনে। খোংসা তরেৎমক অসিবু ঈরাংলবদি মৈপাক খুদিংনা কিনৈয়ে। পোৎয়াওদি য়েরুম তরেৎ, ফুহীং, কোনয়ায়, হৈ, মৈ, কি, লা, অসিনা লাৎলো।

লাইখোংদি উমংলাই মাপনমক পোকয়ে। মুৱাকোল, চাখাবাকোল, মোংবাকোল, য়ুমোইকোল, তৌরঙকোল, য়াইকোল,

নাউকমকোল, লাইতিলকোল, মাপনমক অসিনে। ঈরাংতি নপুখৌ পুরৈরোম্বাবু মী-তু সাহ্না য়ুরাংও। লৈখোও লৈরায চেৎরে।

মরোং খোংদি ময়ায় শুমতোংপালগী মখৈনে মমৈবু ময়ানা চীকনা লৈয়ে, কোয়রিয়ে। খোং অমদি জুংচেং কৌযে। ঈশিংদো রাউনা সংয়ে অমরক ঈশুম ভাওয়ে। ঈরাংতি চকফি, লাইফি, কোয়ী, পিথ্রাই, কোনডৌ, মিশি, সেল, কোনয়ায় য়াওনা লাংও। রাদি "নোংও চুথরো, কবা লৈতে ফিলৈতে, কোনা লাপা ভীঙ্ ভীঙ্" হায়ও। মীবেম ওইনা নাম্বোকপানে। নূঙখোং নূঙ-নাউবী কংলা লৈখোমসঙ, কৈদেনবী, শুমশঙ অসি খৈবীক্কী ঈরাংতি—সনা, রুপা, কোনয়ায় থানা, থরাল থানিল মতুংদা লাংও পুক্তা নীংপা থুংয়ে। লাহমিংতি-সু সু তাং তাঙ শুমশঙদি নে ংলুরে কৌয়ে। মমিংদি সংমাতোনবা য়িমাতোনবা" হায়না তিংথৌ থুংতা সুনা ঈমাগী ক্র ফুংতা লৈববু নীংশিংনা তৌও। মীনা উদবনে। কুরু মামচৌ তরেৎমক্কা য়াথংনে। থঙও। মী কক্তববু যেংহল্লবদি নহাক তুমও। মী অকববু য়েংহল্লবদি নহাক পুন্সি হুংশাংও।

হৌজিক্তি লৈহৌতৈঙ্গী রাবু হাযগে হয়িচক্কী মচীন্দ। কুরুনা ভাইপংপানপা সেমও হায়দোকখিরে। অহুদা অলীবনা কুরু মমাঙদা মহক্কী হকচাংদগী ঈশিং পুখোকয়ে। ঈশিং মমিংদি "চিক্সি চিকোংচাউ" কৌয়ে। মনিংশানা হুংশিং ওইরে। অহুনা হুম্বদা হপ্লা হারা অনী পে কযে। হপ্লা হারা অনীনা য়ারা কোনথাং পোকযে। য়ারা খোংথাংনা ভাইবঙ পাম্বা পুম্নামক্কচিংনা লৈপাক মরোল তরেৎ-

নোংখৌ ময়োল ভরেং, মৈ, ঈশিং, মুংশিং, মুমিং, থা, থবানপী-চাক, অপকমা পোকয়ে। অঙুদা কুরু সিদবনা তাইপং পানবা মশক খোক্নবা চিংমু, থমমু, অচুমমু, অমৈরমু, তেংনৌ, তোলথাংমু, খেরেংলোংপম চমু লাইরেম্মা তরেংমক খোরকহনলে। নিপাতি ঙালপা কৌনা খোকলক্লে। মমিং থুমুং ঙ লপা মপু নিংথৌ কৌয়ে। লাই নুরা তরেংকী মমিংদি কে কে তা, মৈচৌ নপ হুম হিং নপ কৌয়ে। মখোয়সিদি পুমসম খোংদগিনে। ঈরাংতি চেঙ মপুম তরেং, মৈ মতোল তরেং, লঙ্গোয তরেং, ক্বা তরেং, কোনয়ায় পু তরেং সিনা লাংও। পাখং কুমশীং লোন-খোঙ মঙা, নুরা কুমশীং লোনখোঙ তরুক তালকংয়ে।

তাইপঙপালপানা চাউবদি যুথক ১১০৫০০ চাউযে। মযায়দা সনা চীঙ মৈয়ে। নোংপোক থংবদি মশক খাঙম কোয়য়ে। মীগী মসকমুং সেলকোই সকতানৈয়ে। মমিং ত্র ত্রং কাই কৌযে। অরাং থংবদি য়াংকোক মরূঙকুম কোয়যে। মাগী মসকমু অকোয়বানে। মমিং হাওরৈ কৌযে।

নোংচুপ থংবদি সাগোল লাবগী মসকনে। মাগী মসকমুং সাংয়ে। মমিং অসাং অপুম কৌয়ে।

মখা থংবদি পজীন তুম্বগী মওঙনে। মসবম্মু পজীন তুম্বগী মসকনে। তরেংমা তিনশিন্না কৌবা মমিংদি পোংখু পোংহল কৌয়ে। মচু তরেংমকনা মুমিং চয়োল তরেংমক পোকযে। মুমিং চযোল তরেংনা থা অমা পোকযে থা অমনা থা তরানিথোই পোকয়ে। অনীমাতাকী তাইপংপানবা থরায় অয়ালপা খোয়রকযে।

হৌজিক্তি থুল লেপ্পগী ম্না হায়গে। অহানবদা ঙানবনা লেপক্কে। মাল্লা পুথোক্লকপা সাগৈদি করিনে, করানে, নোংতম থুপানে, নোংতমনহনবনে, মরীমা পোকয়ে। ঙানপকি কোমুংতিং কোকলঙনে।০। করিগী মকমত্তি কোকসঙ থোঙনে।০। করাক্তিত্তি চাউপ্রি পুঙনে।০। নোংতম খুপাকি কোমুংনা চাংগী পাংনে।০। নোংতমহনবগী কোমুংদি লাংমৈ পুঙনে।০। অহুগী মতুংদা লৈমা তাম্নু নিংথৌ কাংপানা লেপযে। কোমুংদি মোংগী চৌঙনে। মহাক্না লাথবদি, ১। কোঙকোই, ২। তৈমা, ৩। যাংমা, ৪। তেসারোং, ৫। উরেল থুপা, ৬। উরেলহলপা, ৭। ঈরেম, ৮। থাপী, ৯। লংপা মাপনমা অসিনে।০।

তৈমানা মৈতৈ মানবী পোকযে। পাম্বৈম মচানে।০। য়াংমানা ময়াং পোকয়ে খুকলু মচানে। তেসারোংনা তখেল পোকযে। ঋৈক্কন মচানে।০। উরেল খুপানা কুম্নু পাখাল পোকয়ে। থীপোঙগী মচানে।০। উরেলহলপানা মোইরাং খোকচোম পোকয়ে। খাপাক মচানে।০। ঈরেমনা তুমি পাসা পোকযে। চীনতোন মচানে।০। থাপীনা থাকিকা, চাইরেলকা অনীমক পোকযে। সিংথা মচানে।০। লংপানা মোইরাংগা, লাংতেকা অনীমক পোকয়ে খুবোম মচানে।০। সলাই মাপন চূক অসিগী লাইনিংলমচংতি নাকোং অনী মুদে। লৈপাক মরা তপযে। মতমদি শিযোমদগী পোকলগা হুংঙা লাউরকপা মতমনে। চীনচাকতি চৌঙমাথীতগী খোইনিংনা তুথবা চাযে। ফিজেংতি সমপ্রেং

লোযয়ামপা সেংয়ে। পুনসিদি চহী ১০০০০০ নে। লৈপাক মনিংদি মোংপীরু কৌয়ে। কুমশীংনা ১৭২৮০০০ নে।

অসি মতুং খুন্থুংচকতি ময়াং লৈসাংখেমমা পাল্লে। মানা পুথোক্লকপা সাগৈদি তাউতং, মেলতং, সাংতং, চাউতং, মন্নীমানে। ময়াং লৈসাংখেমগী কোন্থুংদি থাওচুং য়াদমে।০। তাউতংকিনা লৈকুতানে।০। মেলতংকিতি লৈয়াইদনে।০। সাংতংকিনা উসোম্ন সওতা লৈয়ে।০। চাউতংকিনা থৱাল সওতা লৈয়ে।০।

অহু মতু'দি লৈমা কাওখল নিংখৌ তাৱিনা লেপয়ে। মকমদি চাকখাপা সওফমনে। মানা পুথোকপা সাগৈদি হেয়ানে, খোম্মানে অনীমকনে। হেয়ানা হীনতু সাগৈ পোকয়ে। থামোই মচান্নে। খোমমানা তেখাও পোকয়ে। লুমাও মচানে।০।

অহু মতুংদি কেগেনা লেপয়ে। কেগেনা পুথোকপদি খাপা, তাংপা, চাকোং, অহুমমানে।০। খাপানা থামায়ন ওই-খিযে। খুতোল মচানে।০। চাকোংতি চাকোং হাও ওইখিয়ে। খুথা মচানে।০। চুক অসিগী লাইনিং লমচংতি পুকনিংদি ঈশিংনে। মতমনা অঙাংগী চাক ইল্লকপা মতমনে। ফিজেংতি মসেম ময়াং হালনাগী লৈরিয়ে। পুনসিদি চহী ১০০০ নে। কুমশীং ১২৯৬০০০।০।

অসি মতুং লাংবা-চকতি নোংপালনা পালয়ে। মানা পুথোকপদি নোংতাক, নোংতায়াও, লীনতাংসাও, লিতাংসাং মন্নী-মকনে।০। নোংপালগী কোন্থুংদি খাখোংদনে।০। নোংতাক্লনা খোযপুওতানে।০। নোংতায়াওনা চাকসওদনে।০। লীন্তাংসাংনা

ঈশন্নুমনে।॥ লিত্তাংসাংনা থাংপকত্তনে।॥ মরীমক অসিদি কোংবা সঙগায়নে। খূমলগী নাইপোকত্তনে।॥

অছু মতুংদা মোরিয়া কমপালচানা পালয়ে।। লৈপাক মসিংদি জানথোক লেমথোং কৌয়ে।। পুসিদি চহী ১০০০নে।। মতমদি অঙাং খোম থাইরবা মতমনে। পুকনিংদি মৈনে।। মীয়োলনা থাইবোক ঙ্গ্রগরে। কুমশীং সোকন ৮৬০০০নে।।

কোননা চক অকোমবদি মীয়োলনা শাগলে।। পুকনিংদি মুংশিংনে মতমদি চহী তরা-মঙা শুরুকপনে। পুনসিদি চহী ১২০০নে। মতম অছুদি সাগৈ অয়াম্বা তিম্নরে।॥। নোংপালকি মচানিপা অহলদি পান্সিংনাপা কৌয়ে। অতোলবদি থংকাল কৌয়ে। পান্সিংনাপাদি লুরাং ওইয়ে।। অতোলবদি হাও ওইখিয়ে।॥ সরাংগী মচা অহলদি লৈসাং কৌয়ে। অতোলবদি সোংপু কৌয়ে।।। লৈসাংনা লৈসাং ওইয়ে।। অতোলবনা সোংপু হাও ওইখিয়ে।।। জানপাগী মচাদি মঙাং কৌয়ে।॥। খূমলগী মচা অহলদি কৌপু কৌয়ে। অতোলবদি তাংখুল কৌয়ে।। কৌপুতি অতোমনে।।। তাংখুলনা তাংখুল হাও ওইখিয়ে।॥ অছুদা কুরুনা মতীক থঙবরা য়েংগে নীংদনা ক্রুম চীঙদগী সল য়োংমানবা মশক ওইনা তাউথরকলে। অহলগী হিদেল নুংচেংজা ঙানপানা লোককাবরা লোকতে। য়ায়মাগী হিদেল য়ুচেংদা লোকত্রা লোকতে। অতোনবগী হিদেল কৈতেলপিদা অতোলবনা ঈপানে থঙনা লোকলে। অছুগী পাখংপা কৌয়ে। পাখংপানা খমো য় ঙালকমদা পোংলোইকে তৌরিঙৈদা কুরুদি হিংকৎলক্লে।।

মমিংদি হা তুম হিং কৌয়ে। অহুদা কুরুনা হায়য়ে। হে ইচা নখোয় তোকও। ইচা পাখংপানা নিংথৌ ওইরম্ভনো হায়দনা ফুমিং চয়োল তরেং, থা তরা-নীথোইমকপু পাখংপাগী মখূৎতা থিরয়ে। পাখংপাগী কম্বাল খৌনিরোলদি কোপুং ময়ায় কাদা লুপা সরীক, য়োং খূৎনেং, অহাও-অথুম, চাকফি লাইশম, লাইফি অসি য়াওনা মমিং "য়েং তারুং য়েং তারেংপ" কৌয়ে। মকমদি পূমসায় খোংদনে। অমসুং পূমসায় খোংগী মতুঙদা তুখুননা, সমচোক, তুমু, য়িংথি মরীন্দা কাওয়ে। ঈরাংফি হৈরম-লৈরম অহুম্না লাংলো। লৈপাক্কী থৌ অরুমপা খৈবীক কোকপনে। সৌ-পোল কৌবা তুখূম্না নুঙকোইপীদগী কংলা কাওবা লাইকম তরা-নীথোইমক্তা কাওয়ে। মমিংতি "সনা কুপত্রেং, লুপা শুমলেং" হায়না অহুম্মক সোলও নিংথৌ পুনসিয়ে। অমসুং লংমাইচীঙ মখোঙদা হৌবা চীঙ য়েনসিলগী উপালগা, চীঙখাংফি উপালগা লাংকোনগী উপালগা ও হৌরিবা মফমদো মঙাং কুরু, লুবাং কুরু, থূমল কুরু অহুমমানা নোংকাকমনে। মৈ, ঈশিং, শুংশিং অহুম্না খোকপনে। কাত্তি কোংচিল মকোংচিল, নামু হলসিল মহলচিল, হংকাম মুপা লিও লিও" হায়বদি অসিনে। মমিং চক চক হিং চরি কৌয়ে। মঙমদা ঈনীং তময়ে। হৌজিকসু মৈ ঈশিংনা নিঙতম্বনে। অমসুং কমপোং পাৎতা ককলেলনা ভংবা, লগোল লাবনা ভংবা, উচীনা খোংবা খোজেল অহুম্মকী মমিংদি কোঙপাম বানে। অচঙ অশী ওম্বনে। কুরুগী চীঙ তারু উখোঙ মথাদা নুঙম্না থুম্বা লাইকম অমা লৈয়ে। ঈপানা ঈমাদা তাকপীবা,

ঈমানা ঈপাদা সিলনবা, ঈতুনা এচোন্দা হংঙবা ময়েক সিদবা অহুম্মক্কে। নত নপা খিও।

সনা চৌওগা, তরাউ থুলগা কাওনৈয়ে। সনা থোকপা মফয়ে। লুপা চৌওদি তিংকোই থুলগা কাওনয়ে। লুপা থোকপুনে।০। খিংক্রম চৌওগা, ককচৌওগা কাওনয়ে। তম্ফা থোকয়ে। অহুম অসি নূঙনা ঙমনা নপ্লিয়ে। হাংহৈ লৌহৈদে, নহাক নামুংও।০। সেল, কোনজৌ, মিসি, রাং, কোরী, পিখাই, সি থৈবীকতি বানসৌপীদা থোকয়ে।

হৌজিক্তি নিংথৌ পানবা থৈবীকনা মপালদা তিম্নদনা মাগী মাগী সিলথোক য়েম্নরে হায়বগী হাইযুক্তে থুলাইত্তে কৌয়ে। অমরক পোক্লগা অমরক সিয়ে হায়নয়ে। অসিবু থোইনা হরাউবা কৌয়ে। মকম মকাল খঙনয়ে হায়বগী সে সে কৌয়ে। লৈপাক নিংথৌ থৈবীকত্তো কমগী অসিদগী থোকয়ে। হেরিল-লো হেরিললা কৌয়ে। খঙও। পাখংবগী কিসেংতি অহীংনা মাইমু তোমসোল, তুংখিলনা সমপ্রেং লোলয়ামবা সেংলে। কুমশীং ৯৫০০০। পাখংবনা তাইবঙ পানবদা কাওবীরকপদি সোক ১৭৩০ সুরে। হে মীওয়বাসিংও নাউকম্রোল কৌবা পুয়া অসিবু চেংনা পুক্কোও মহৈ কংয়ে। লায়্রবদি অরাবা কংয়ে।

উসোয় কারনগী বা হায়গে। ঈরাংকমদি কারল মরীদো লাইয়িংথৌ মরীমক্লা লৈপাক নিংথৌ ওইনা কপ্পা মকমনে। চিরা অমনা লাইয়িংথৌ কোকলেলনা লৈকুরেল কিংনাইবা কৌনা কময়ে। ঙাকপদি কোংতিংলেলনা ঙাকয়ে। চিরা অমদি

লাইথিংথো অপানবনা য়েৎ-ওয় হাইনা পোংশি সানোয়না হীক্কা শিওংলা কময়ে। ভাকপাত্তি য়ৌভাইথনা ভাকয়ে। চিন্না অমদি শিংথো সম্নারেলমা সম্না খম্বাল মতোলদা কমদনা ভাকয়ে। চিন্না' অমনা অশীবনা সন্নাং নোংফুরেল খিং খিং কিংনাইবা কৌনা কময়ে। মম্নীমক কমলবা অতুদা কুরুগা, নিংথো অপানবগানা উযুংগী ময়ায়দা লৈপাক নিংথৌ অনীমক তুনা উমুং মতোলদা সুংনাংলেন অরাংবা কৌনা কময়ে। তাউরোইনাইনা য়িমজাও কংলা তুনা লৈবদি লেমথোঙ লাইবে। মতোলমা থুন্নায় থুনকম কৌয়ে। মথোয়দি ভায়েন শঙনে। হকচাংনা ঈশচাঙনে। খবাক্তি কংলা নমথাঙনে। চীবক্তি কমতোংকয়ে। মেলদি লুতোলনে। মমিংনা নূঙকোইবীনে। নাকোংনা খাপুঙ, লাই-পুঙ, যুপঙ অহুয়ে। মনাদি সাকমথোঙ অমীময়ে। খয়াংতি সুচাম পাংনে। নাখাঙদি অযাঙ সিলখাকয়ে। নাতোন্না নিংথেম কম্মকম থোংসঙনে। অহুবু নোংথৌ মতোল কৌযে। ময়ানা লুরাং নোংহুমসঙনে। মরৈদি লোংমৈ কান্না লোয়শঙগী মনাক্তা পাং লৈবহুনে। লৈযেঙদি কাংপোকশিনে। খুমাঙ অমদি কোন-লোয় লৈমা কৌবনে। খুমাঙ অমনা চাউপিরী পুঙ কৌযে। মব্রামনা সুমতোংপাল কৌয়ে। মচীদি মাপল পায়ে। মঙাদি কুকনা ফোয়দোক্লে। ফুংকা মথোঙ অহুম ওইয়ে। অমনা চিরং-লেল ভাঙচুপা কৌয়ে। অমদি কুরুনা খুৎসু ওইয়ে। অমদি লাঙকোন্দা লৈযে। অমনা লাংয়েলদা লৈবনে। মচী মাপন্দি অদিনে।

কয় অপুম্বগী নাউকম ফুম্ফমদি নিংথেমগীনা বাংগোলদনে। চউম খোয়রেনফমদি ঈমচাউনে। লুরাংগী নাউকম ফুমফমদি মোংবা সঙগাযনে। চউম খোয়রেনফম্না লাংসঙনে। থুমনগী নাউকম ফুম্ফমদি কাংপোকপিনে। চউম খোয়রেনফম্না নোংহুম-সঙনে। চেংলৈ হাওরোক কোম্বোগী নাউকম ফুমফমদি য়াওরৈবীনে। চউম খোয়রেনফম্না মোংসোলপীনে। মানভিং মন্নাকি নাউকম ফুমফমদি উংসোল থেংনে। চউম খোয়রেনফমনা উসোয়সঙনে। সেলোই লংমাইগী নাউকম যুম্ফমদি নুঙথোং নুঙনাউপীনে। চউম খোয়রেনফম্না চাকসঙনে। চকপা তরামাগী নাউকম ফুমফমগা চউম খোয়রেনফমগদি লুরাংগা তিনবায়ে। পোংগী নাউকম ফুম-ফমদি থোয়পুঙনে। চউম খোয়রেনফম্না থোইম্নাঙ থোংনে। তুমি পাসাগী নাউকম ফুমফমদি অয়াঙ সাংপী পুঙনে। চউম খোয়রেনফম্না পুঙফম অনীমক্রে। পাথাল মংকলগী নাউকম ফুমফমদি চেপপীথোংনে। চউম খোয়রেনফমদি শুমসঙনে। তেথাও, তাংথুলগী নাউকম ফুমফমদি মুন্না পাংনে। চউম খোয়-রেনফম্না পেংনপীথোংনে। সেনপী, থামারলগী নাউফম ফুম্ফমদি লোক্রৌ পুঙনে। চউম খোয়রেনফম্না স্রো পুঙনে থঙও।

বারম অরেপপা অমা লৌযগে। কোংপা মৈরোম্বা কৌবদি কৌক্রুগী শিঙ্গুংনে। পাথংবগী নাউকায়। থন্নালপীচাক নিংথৌ সিদবগী মঙালনা পালয়ে। ঈরাংতি ওক অমুবা অমা, ঙাপ্রুম অমা, পানা, ক্বা, লৈশং, চেঙ, য়েরুম, লৈপাক অহিংবগী চাতিদা থাংমৈ থালও। মহাক মহাকী য়ুপাল হুমিংতা লাংও। শিগদবা

ম্যাংকম হেন্দুনা চঙী ভরেং, নিপান ঈনীং তম্না মৈবনে। লাই-মিংদি। তক তক মেলথোক্লপা সনা মৈয়োললাং কৌয়ে। নিংথেম গোঙ্কপা লাইকমদি অসিনে।

নুঙকোইশীদি কুরুক্কি মমিংনে। অঙোবা পুরৈরোম্বগী নাউ-কয়ে। থবালশীকাক নিংথৌ তুরেলগী পালকয়ে। ঈরাংতি শল য়োংমানবী মথৌনা চাত্তি অম্না শাদনা থাংমৈ থালও। কুমগী হৈ, মৈ, অঙনবা কংলৌ। ওক অমা, হামেঙ অমা, চু, লফোই, পানা, কা, থুম, মোরোক, শিং, লা, শীঙ, য়োং, চফু, চেঙ, ক্বো, য়েল অঙোবগী য়েলহিং, কোনয়ায়, লাইমিংথি কপজ্রোং সেনজ্রেং কৌয়ে। ফিরোয়গা লোয়ননা নপোক হুমিংতা লাংলো, মকম থোলয়ে। লালকম থায়বা ঙময়ে।

পুমসায় খোং কৌবদি য়াওরৈবীনে। অহুদা পাথংবনু লাংও। পোংয়াওদি চক্কি, লাইফি, লুপাগী মায়থুম, সনা সমপ্রেং, লুপা খোঙচি, সনা খুচি, সনা লুপা অহীংবা, ওক অমা, হামেঙ অমা, ঙাহু, খুহু, য়েল অঙোবা, লাইয়িংথৌগী ফিরোয়, লাইরেম্মগী ফিরোয়, চেঙ, ক্বো, থুম, মোরোক, হৈ, মৈ, চু, অথুম-অহাও, য়োং, থাঙ, লা, শীঙ, চফু, ঈরাল, কোনয়ায় অসিনে। নীংবা মৈবীক থুংবনে।

অমম্বুং হায়গে। নিংথেমগী কংলা ঈমপী উদিচৌঙ হৈক্রুগা, চৌঙথাংদা হোৌবা উগা অনীমক্রা য়ুংও। থাঙলাবু থাংলেনত্তি মাইমিপোকতা হোৌবা উনা ওইয়ো। উরা হুমতাংতি কোক্কোকী কয়াং বানা ওইয়ে। ইদি লংমাইচৌঙ মখোঙদা হোৌবা উগা

চেংখোংকনা কুপ্পো। মকময়েদি তাউরোইনাইগী চীরক্তা চাল্লিবা থরাল থাগী থানিল মাকমৈ তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবনী তুম্বিং যুংগাদবনী পূং অনী বাংগাদনে। পোৎয়াওদি হৈবী, হৈচাং, হৈজ্রোয়, হৈপা, থরোইকিচুপ, হৈথুম, লফোই ওমপোৎ লৌউ অমাং কোনয়ায় অসেংবা থাদনা লংখাইচৌঙ পোকপা মীবু লাং-হল্লো। উথুলদি মৈচঙ খুত্থপ তরুক কাপ অমনে। উরেপকীদি খুত্থপ মরী কাপ অমনে। লাইশিংদি। "চকপা ঙমপা চেক চেক চীক চীক চেঙ চেঙ" অসিনে। উরেপ উথুল তৌবদি মমা শিলগী মচা থাংজা পোকপবু তৌলল্লু। পরীং পায়বা থাবদা 'হু হু হু' হায়না সোল্লো। মওংদি তাউরোইনাই মওংনে। থঙও। থরায়গী মৈচঙ পুনসি লয়েলনে।

চৌপ্রিপুঙগী খোকচঙদি লাইয়িংথৌ থাংচৌঙগী নাউয়োয়ে। থরালগীচাক মোইরাং সলকোলনা পালয়ে। ঈরাংতি য়োং থুনেং অমা থুমু মতু-মরা, সংগোম অকম্বা, য়েরুম মহী অসিনা লাংও। সংগোম য়েরুম অনীমক তিম্নহুনা মৈপাক থুবোম অমা তৌনা হৈজীল্লো। রাহায়দি। "নপা ঙম্বা খোং, নপূ ঙম্বা খোংদি অসিনে, রা রা হায় স্বা" হায়য়ো। নিংথৌ পানবা থৈবীক লোই চনবা ঙময়ে।

কুমশু খোং, কিশু খোং অনীমক্তি তাউরোইনাইগী খোকচং খেলনে। থরালগীচাকতি নানশম সলকোলনা পাল্লে। ঈরাংতি চেকাই তয়েং, শিংপাক তয়েং, লংওৎচৈ তরুক, লাতোন অমদা থাদনা লাংলো। রাহায়দি। "মৈলুং খোংচিরেল পোরোঙ

খোকনাইবা নৈখোকলো।" হায়য়ে। লৈপাক অমনা লাকচবা ঙমদে।

ঋংখোঙ নূঙনাউপীদি মঙাং কুরুগী নাউকয়ে। নিংথৌ তুরেলনা পাল্লে। থরায়গী কমপী খোকচঙনে। পাখংবনা পান্নরিয়ে। অমদি কমপালনে। মসক অকোয়গনে। 'মচু ঙৌয়ে। মমিংদি। "য়েং ত্রক হো চিকংলেঙ কৌয়ে। অমদি সেকপীল ওইরি। মমিংদি। য়েং ত্রং নোংত্রেং তনৌবা সনা তাখংলিও কৌয়ে। অমনা মহাক ওইনরে। মচুদি সনানে। মসক্তি থা নিলবগুময়ে। মমিংদি য়েং ত্র ঙ ত্রঙ কৌয়ে। কম্বাল য়ানে। ঈয়াংতি চফু অমা, ঈয়াল অমা, চেঙ, চাক, মরোয়-মপাং শুনা হাপপো। য়োং থলোং মরীদি চিয়া মরীমক্তা "চেকও, চেকও, পক পক তীক তীক" সোলদনা য়ৈ-শিলও। ময়ায়দা কোম অমা তৌহ্নুনা সল য়োংমালবীগী মথোয়ে, ইরোই থরোবীগী মথোয়ে, সংগোম অসি য়াননাদনা "লৈপাক নঙস্তু চেৎও, য়ুচেং নঙস্তু নীককানো, য়ুং নঙ হাগনো" হায়না হৈজীল্লো। অদুগা চিরা মরীদা লেপতানা নখোল নোং থাকপগুম খোঞ্জেল হাই লাউদনা নখোঙ লৈপাক মরীরক থীন্না লাউও। লৈপাক মরা চেৎলে। লৈমা নিংথৌ পুন্সিবনে। পান্থোইবী সুমাঙ কৌথদি অসিনে। থঙও।

সুমপী খোংদি লাইরেল তাউরোইনাইগী লাইকয়ে লাই-যিংথৌ চৌঙচেং নায়ল পাংকনবগী নাউকমনে। থরাংপীচাক সঙ্গীকনা থোকয়ে। ঈয়াংতি থরাই পূঙনা মরী পানবদ "ফোই লমাংগী লফাং অহম, ফিয়াল অমুবা অমা, অসংবা অমা, অঙৌবা

অমা, অঙাঙবা অমা, কিরাল মরামক পুঙনা মরীদা অমমম্ খেৎলো। পাঙল পুল অমদা ঈশিং থম্না হাপত্নুা থিলও। লাই-সোলদি "নুঙবী মানা হোবা থরাল নোংলৈ উবদা হা অঙাং নঙনা কপথোকও" হায়দনা মমৈ মকোক ওন্না সোলও। পুকনুংদা শিরবা অঙাংদে হিংবনে। কুরুগী পারিদা তিল্লবনে।

উংসায় সঙদি থরায় লাবনে। থায়ায়না পালয়ে। লাই-য়িংথৌ কৌরুগী নাউফমে। সুংশিৎ লাব খোকপনে। মমিংদি। হা য়িং অং সং কৌয়ে। থরায়গী মখোঙ কৌনরিবনে। মমিং মি মনিক কৌয়ে। ঈশিং খুজোক অমদা সোকতনা অনাবগী মমায়দা চাইও ফবনে। শিরবমু হিংলক্নুা রা ঙাংবা ঙম্লবনে।

ওকসঙদি উই তোংকোম্না পালয়ে লাইয়িংথৌ কৌমুগী নাউ-ফমনে। সংকো নাম খোকয়ে। হো হক হো কুক কৌয়ে। ঈশিং খুজোক অহুম কৎলো। থরায় মি পোইরবদা তৌনৌও। ঈরাৎতি সনা, লুপা, হৈ, লৈ, পানা, কা, অহাও-অথুম থৈবীক য়াওনা লাংও। নৗংবা থৈবীক থুংবনে।

ফাংলৌদি নানপম সলগোলনা পালয়ে। কৌবয়েলগী নাউ-ফমনে, কোলনারিবনে। ঈশিং ঙৌনা খোকয়ে। মমিংদি। র র হ র র হ কৌয়ে। লাইমিংদি মতু-মরা লায়কম্নও। হাওথুল-শিংনা হৌরকপদি লপ্লিফম অহুদা। সা মহী, ঙা মহী রাইদনা লাৎলো, রাহায়দি "সুংসা মনমতনা নমপোকপা, লৈকায় কৌশু-খোলডনা খূৎপোকপাশিংও" হায়না খুবাক অহুম্রক খুদোকও, য়েক্লবগী তেংগোলদি কায়থিবনে।

কংলাগী নাকল অহোবদি খু'দাল অহুম শুবনে। নিংথৌকাবনা পালয়ে। লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী নাউকমনে। মৈ, ঈশিং, নুংশিং অহুম্মক্না কোয়রিয়ে। লাইমিংদি। হ রি হ রি কৌয়ে। অসিবু নোংথৌ মতোল কৌয়ে। মা অসিদো তীনরা লমথোঙ কৌয়ে। চেৎনা পুক্নৌও পুনসিবনে খঙও।

হৌজিক্কি উমংলাই ঙাকপা হায়গে। পোংনা লাল হৌরক্ল-বদি লাইপোং পৃঙদা থুবাক থুহনা থোঙপাক অহুমক থীল্লো। লাইশোন্দি—"ঐনে সরারেল সনানে সনা সনা হৎ সনা" হায়না পোংথাঙ পোংলেলতু মৈনীরোঙবা নঙনা হাইথোকও" থা মি উরবদা তৌও। মতোম্মা কাযথিগদনে। পোংয়াওদি য়েরুম অমা, কোনয়ায় পুমা, অগুম-অহাং, হৈ, লৈ য়াওনা তৌও।

পাসানা, থাকিনা, পাথান, মংকলনা হৌরকপদি লিলহা থোংদা লাংও। পোংয়াওদি কাং মরী, খুং অহুম, লফোই লকাং অহুম, য়েরুম অমা, কোনয়ায় পুমা, থোইরু থাংমৈ মরী, কিরাল মরী, থাঙ অমা অসি য়াওনা লাংও। লাইসোলদি— লাইরেল তাউরোইনাই নমৈবু নয়ানা চৌকনা ঙাক্লিবাও, হৌরক্লিবা তেংকোল অসিবু নমৈনা কাঙনা হাইদোকপীরমও। নমৈনসুং হাইদোক-পীরমও, থাইপোক সেৎ কায়য়ো।" অসুম হায়রে, মরাইদুম কায়থিগদনে খঙও।

থাম্রলনা হৌরকপদি পুরুম চাঙদা মঙারক থৌসাও। সগোল লাবনা ঙংবগুম্না 'হাইকেৎ হাইকেৎ কেৎ' হায়য়ো মতোম্মা হনথিরে। পোংয়াওদি অসাইগী অহুগা অমতানে খঙও।

খাদোলদি খানে। থম্নায়দি হুমিংনে। সাচুং তৈজলহৈবদি নোংথৌ সম্নারেলনে। লীকথা সাকাবদি মঙামক্কী ময়াম্বনে। চীঙচম্নোই-বীদি মঙামক্কী মচুনে। চুঙসেনহুবীদি পাম্বোইবীনে। নোংথৌ নাকাদি লৈপাক লৈমনে। য়ুহাম্নাবা মপুনে নোংথৌ তুরেলদি লৈমা উরুম থাউচোলবীনে। উইতোংকোলদি কাঙপুচম পোকয়ে। মেলথিলুমপা কৌয়ে। মোইরাং সলকোনদি হেপু কংচিকপানে। মালেম থুহুপ মাপন্নে। খুজীন থুহুপ মাপন্নে। মোইরাং পোকয়ে। নানপম সলকোনদি বাঙসল কৌয়ে। সরারেলগী লাইরেম্মগী সলনে। নামপম পোকয়ে। লুৱাং সলকোনদি পুঙসলনে। লুৱাং পোকয়ে। পাম্বোইবীগী সলনে। ওকপুরোই, ত.উহুইরেং, হাওকু পাথংপা, থোংচোলহুবী, করৌগুবী, তরুকসি লুৱাং চহুনে। তোংচেংহুবীদি সনা চীঙনে। সনা চীঙ মথোংদা থম্নালপীচাক অমনা * লাংয়েললিক্কুম পক্কা লৈয়ে। থাপা লৈতংতি ঈমং লৈমরেলনে। উপোংঙা ওইনা ঈথানে! সলহুং য়াংকোকনে, হুথোঙভাইনে, হিচক সলাম পোকয়ে। হাওরৈ মাইয়োংথাংদি মনি-মমৌ সিলতাক্লবীনে। খাবা পোকয়ে। নিংথৌ সামু অপী-সানে। মোইরাং সলকোনদি সাসিলয়ি অহনবনে। নানপম সলকোনদি সাসিলয়ি য়ায়মাবনে। লুৱাং সলকোনদি সাসিলয়ি অতোনবনে। হুমিংতি নোংপোক্কে। খাদি কৌক্রনে। সুন্যতি অতিংঙানে। খঙও। সুনা হায়রবনে। হে মী চেৎনা লোইয়ো;

---

* লাংয়েললিক্কুম—লাংহিক্কুম।

লুনা থমও। হয়িচক, হয়াচক, থুনুংচক, লাংবচক, চক মরীমকপু কোল্লমগে। হয়ম হয়ম হয়িম, হায়িম।

লৌঝিক্তি হয়িচক্কগী হোনা চক মরীমক্তা তৌরক্কদবা মাঙদা হৌগ্রবা, তুংদা ওইরক্কদবা য়াবু হায়রমগে। থঙনবা হায়গে। মাঙদা চৎথিবা লাংওনদি কুমশীংদি লাখা অহুমগা লিশিং তরুক্কনা কুমশীং অমত্তা ওইনৈয়ে। কুমশীং ৩০ (কুন্থ্‌।)না থা অমা ওইয়ে। কুমশীং অমনা হুমিৎ অমা ওইনৈয়ে। থা অমা হুমিৎ মঙানিনা যুথক অমা ওইনৈয়ে। মীৎকুপ মঙাগা, যুথক মঙাগা, পুং মঙাগা, মীৎকুপ অমা ওইনৈয়ে। পুং মঙা, মীৎকুপ মঙাগনা নিংশা অমা ওইনৈযে। মীৎকুপ মঙা, নিংশা মঙা, নাহুম নিপানগনা নাহুম অমা ওইনৈয়ে। নিংশা মঙা, পূক্রিং তরুক্কনা পূক্রিং অমত্তা ওইনৈয়ে।



# মতমগী য়াওল তাকপা

হৌঝিক্তি য়াওল থঙনবা হা য়গে। লাইগী কুমশীং অসিদি কুমশীং লখা ৯ ( মাপন ) লিশিং ৯ ( মাপন ) অসিদি হয়িচক কৌয়ে। লাংওন অসিনা হৌথিরবা মতুংদা কুমশীং লাখা ৯ লিশিং ৯ অসিদি হয়িচক কৌয়ে। 'লাংওন অসিগী চাকতি চাতুম পাল্লময়ে। ঙাদি ঙায়ালদা, শাদি শায়াম্দা, থুমদি থুমনম্বীদা, ফিদি চীঙমাথিদা,

ঙপী উরেলদি হৈ হৈ হায়রগা মতোম চৎসিল্লকয়ে। অসিনা হৌথিরবদা, কুমশীং লাখ। ৯ নিশিং ৯ সিদি থুগুংচক কৌয়ে। লাংঙন অসিগী চকতি চেঙ চায়য়ে। ঙাস্তুঙ, শাস্তুঙ হোইরগা চৎলিয়ে। লাংঙন অসি হৌথিবা মতুংদা কুমশীং লাখা অনী নিশীং তরুক্কী মতুংদা ঙাগী নিংথৌ মেহেনত্রি নিংথৌদা লাইয়িংথৌ নোংপোক অপানবনা ভাকপীরম্বা রাদো হায়গে থঙও। কুমশীং ৩৩ দা পাখংবনা নিংথৌ ওইরক্কদনে। কুমশীং অসিনা হৌগ্রবা মতুংদা কুমশীং ১৫০০ শুবদা লাইয়িংথৌ থাগেম্বনা নিংথৌ ওইগদনে। মতুংদা কুমশীং ১৫৫৫ শুবদা লাইয়িংথৌ থুনজাওবনা নিংথৌ ওইগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬১৯ শুবদা লাইয়িংথৌ চরাইরোংবা কৌনা নিংথৌ ওইগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬২৬ শুবদা পাইখুদা ফুরাবী পীরগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬২৯ শুবদা চাঙদগী য়োং অয়াম্বা কারগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৩১ শুবদা লাইয়িংথৌ পামহৈবা কৌনা নিংথৌ ওইগদনে। মানা নিংথৌ ওইরবদা তৌরগদবদি লমচৎ অমা হৌরগদবনে। ঈরৈপাক্কী লাইনা মীগী লৈপাক অমগী পণ্ডিতপু উনরুগদবনে। লাকপা পণ্ডিততুনা হে নিংথৌ ও নরৈপাক্কী লমচৎ থাদোকও, লমচৎ অমা হোংও হায়রগদনে। নিংথৌনা থাদোকলগদনে। থারবদা পণ্ডিতনা নঙগী লৈপাক্কী পাপতো ঈথুংতা পুগে য়াগদনে। অতুগা য়ামাদ্দি চৎলগদনে। অতুগা উমংলাই মাপনম্বু লৈথাদা ফুম্লগদনে। পুয়া থৈবীকম্বু মৈ থারগদনে। ঈরৈপাকক্কী লমচৎ মাঙখ্রগদনে। লাইশোলদি য়াম হায়না শোল্লগদনে। অসিগী

মতুংদা কুমশীং ১৬৪৫ শুবদা পাইখুনে, তখেলনে অনীমক য়াম্নগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৬৭১ শুবদা লাইয়িংথৌ পামহৈবদো অরাং লম থৈরগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৭৩ শুবদা লাইয়িংথৌ পামহৈবদো নোংপোক লম ওনখিদনা নোংসা থরায় মাঙগদনে। নোংসা মীচৈ অরুম্বা কংলগদবনে। অহুনা হৌখিবা মতুং কুমশীং ১৬৭৯ শুবদা মোইরাংদা নিংথৌ পাল্লগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৮১ শুবদা বাথোক অচৌবনা লৈপাক পুবা ডমদনা কায়রগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৬৮৬ শুবদা অরাং লমদগী কাওরকতনা নিংথৌ ওইরগনে। ওইরবদা তৌরগদবা লমচংতি লাইনিংবা সাধন তৌবা, ভক্তি তৌবা, লাইদা পূক্রিং থিংজিন্না লমচং হোংলগদনে। হরিবু কৌরগদনে। মাগী হাকথক্তো নোংচুপ লমদা শরা চংলগদনে। মাগী মাগী শরা চঙবা ঙম্বা তাললগদনে। হে মী বারম লেপ্না ওইগদবা বানে। থাঃজদরবদি উৎকুম তুমও। গুরু অছম্বকী য়াথংনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৮৬৭ শুবদা লৈপাক অমরক হম্না তাক্রগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৮৮ শুবদা মোইরাংদা লাল্লুপ কারগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৯০ শুবদা অরাংদগী নিংথৌ অমা লাক্কনা চায়নরগদবনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৬৯৫ শুবদা খা মঙা লৈপাক তাকদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭১০ শুবদা অরাংদগী শা অচৌবা অমা কারগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭১৮ শুবদা হৈপোক লমদগী নিংথৌ অহুনা কংলৈ অরাং লমদা হোংগদনে অসিগী মতুং কুমশীং ১৭২০ শুবদা অহুগা মলখিন্নগদবনে। নোংচুপ লমদা নিংথৌ চঙখিগদবনে।

অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৩২ শুবদা মথাদগী শা অচৌবা ফাগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৩৩ শুবদা কংলা লৈখোঙ শেম্না সনা শঙ্গায় শারগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৪২ শুবদা লৈপাক মতুং মাপন থোকনা কায়রগদনে। তীনকম লাইকম মুংলগদনে ।কুমশীং তরেং মল্লগদনে। মমা, মপা, মচীন-মনাও, শাগৈ জাই খওনদনা ওমনা মাঙলগদনে। অসি হৌখিবা মতুংদা কুমশীং ১৭৪৩/১৭৭৪ শুবদা মমা নোংপোক শাতুং লৈচাউবীনা পোকপা মচা মৈগী নিং-থৌনা লৈপাক শেম্লগদনে। অঙৌবা কৈফা শাবা, পাই য়ানবা, উতোং সুবনা বায়েল্লগদবনে। নোংচুপকী লম অচৌবগী লৈপাক থাইনয়গদনে। মানা ওইরবদা নোংচুপ অঙৌবনা পোইরৈ কৈ-থেল্লেলদা থাংপক ঈনলুম লৈনা থল্লরগদনে। লৈপাক মমুং-মকৈ হাইদোক্পা পাল্লরগদনে। কৌব্রুগী শামু অঙৌবা ফারগদনে। লৈপাক খুদিংনা লোই হারগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৪৮/১৭৫৮ শুবদা য়েরুম চাবা লাইক ঈভৌ থকপনা নিংথৌ ওইরগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৬২/১৭৭০ শুবদা অৱাং লমদগী শা অচৌবা ফাগদনে। মীয়াম্না মলগদনে। অহুগা নোংচুপ অঙৌবা পাই য়ানবা কৈ শাবনা লোই হারগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৬৫/১৭৭৫ শুবদা অপকমানা নিংথৌ ওইগদনে। য়েরুম চাবা, ঈভৌ থকপদি নোংচুপ লম চঙথিগদনে। অপকমানা নিংথৌ ওইরবদা মাগী লমচৎতি লাই মীংলগদনে। ভক্তি করগদনে। মাগী হাকচাং পানবা য়াম্না ফারগদবনে। তুবী লাইরেল য়াম্না মল্লগদনে। লমচৎতি মীগী লমচৎ চৎপা তমগদবনে। মপা মমা

খঙলরোইয়ে। ঈশিং অনৈবনা ময়ায়দা, অন্নবনা মতাইদা চেল্লগদনে। লমহুইনা সনাগী সেনপাক্তা মযুং হাল্লগদনে। সুমিংস্নুং, থাম্নুং কোয়োল তৌগদনে। খঙও। অয়েপ্পা য়ানে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৭২/১৭৭৭ শুবদা মলথরগদনে। কুমশীং অহুদা মহাক লাইরেল অঙৌবনা পোকপা ময়েপ থুহ্প মরী থুদোল অহুম মকৈ য়াংবা, মসক য়ায়চৌ অনী, থুদোল অহুম মফৈ সুবা, মকোক ফৈজা শাবা মহাক মীওই শুদবা য়ারো শায়াম লোইবনা নিংথৌ ওইরগদনে। সুমিৎ হুম্নি, থা অহুম, কুমশীং অহুম নিংথৌ ওইগদনে। অহুনা লৈপাক সুংঙাইহনগে হায়না থরা হোরগদনে। লোইকাৎতনা লোংচুপ লম চঙাখগদনে। অহুগী মতুংদা মমা শক্তি লৌচাউবীনা পোকপা মচা কৈনা নিংথৌ ওইরগদনে। মাগী হাক্তক্তা চৎলগদবা লমচৎতি মাগী মকোকতা মৈ হৈরগদনে। নিংথৌ অহুস্তুং মহৈ—মশিং য়াম্না হৈরগদনে। মমা মপাবু মচানা মকোক চাগদনে। লাই গুরু খঙলরোইয়ে। শাগৈ তোংঙানবা ঈশিং অনৈবগা য়োয়রাগদনে। অঙাং থোম থকপনা য়ায়েলগদনে। লৈমা নিংথৌনা হায়বা য়াথংবু চানরোইদনে। নিংথৌ তরা, লৈমা তরা পুরগদনে। নিংথৌনা হায়ববু লৈপাক কোইবনা চৎনরোইয়ে। মীগী লমচৎপু ইলমচৎ শানা চৎলগদনে। মীগী ফিশেৎ চাকচা তমচাগদনে। সেকপী-সেনবাং, উচেক-য়ায়া থোঙেলগুম ঙাঙলগদনে। মীগী মতূ পাম্রগদনে। মীবু সুংশিবা ঙম্রোয়। নাম থুংদবনা কোয়না চৎতনা নাম শোল্লগদবনে। হুপীনা হুপাবু থেমজরগদনে। মরা লৈনা মীগী নিপ রুক্কু

পামননগদবনে। হে মীও পাপকী লমচৎপু অকবা ওইনা চৎলগদনে। নিংথৌনা লৈপাক্কী মকোক চাগদনে। অচৌবনা অশীকপগী মকোক চারগদনে। অঙাংনা অহনগী মকোক চারগদনে। থঙও। ভীনকম-ল ইকম থৈবীকসুং খুদম থোক্লগদনে। চীঙসুং-মানসুং ঙম্না কীস্বরগদনে। ঙখীদগী উক্তাওসুং ঙম্না য়াম্বেক্লগদনে। থাঙকা চীঙসুং কায়রগদনে। লোকতাক্তা নূঙ তাউরগদনে। সনা পাণ্ডা নূঙ অরূপপনা তাউরগদনে। মোংবা তোরৈদা তাঊরোইনাই থোকলগদনে। য়িমক্তাও মৈথু কারগদনে। পাখংপা, সনামহী অনীমানা লাইশঙ খুদিং মৈ থারগদনে। য়ুহারাপা, কোয়োন তোপা, সঙাইশেন পাইবা, মৈপী পাইবা, ঈশিং মশক ওনবা অম্সুম খুদম তৌরগদনে। থঙও ॥০॥ অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৭৯/১৭৮৬ শুবদা নিংথৌ অহনা মথারমদা চৎলগদনে। নিংথৌ অহনা থরায় মাঙনা তেরককদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৮৪/১৭৯০ শুবদা থাংচীঙ লমদা শা অচৌবা কারগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৮৫/১৭৯১ শুবদা লৈপাক্কী অরাবা মশীং হুরে। মহাক্তি লাইয়িংথৌ থাগেম্বনা পোক্লবা লাইয়িংথৌ লংদাইগী নিংথৌ ওইয়ো হায়না পোক্লবনে। মহাক্তা পোক্লবদা থায়নগী পারী-পুরী মল-খিরবসু খিগৎলগদনে। হে মী-ও সনা কৈথেলদা পূয়া পারগদনে। লৈকায় মরীমাগী পূয়া য়েনরগদনে। মায়কৈ মরীরক্তা নোংমৈ কাপলগদনে। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৮৫/১৭৯৯ শুবদা ওইবা নিংথৌ ও নঙগী হাকথক্তা লৈপাক বা অচৌবা থোকলগদনে। মথুংতা তুবী লাইরেল য়াম্না কারগদনে। সনা কৈথেলদা শৈনা

লৌখোঙ চেন্নগদবনে। অঙৌবা কৈদা শাবগী মকোক মতা ফাগদনে। নোংচুপ-নোংপোক অরাং অহুম্মা য়ান্নগদবনে। হরিশুং অরাংলম থৈরগদনে। নোংচুপ-নোংপোক তেজোল অনীমক্তি তুমগদনে। অরাংনা সমপোং মরম হিংগদনে। থঙও। অসিগী মতুংদা কুমশীং ১৭৮৬/১৮০১ শুবদা নোংচুও থোঙ থিংগদনে। নোংপোক থোঙ হাংগদনে। নিপানা উত্তোল ফাগদনে। নিপী ফরেৎনা মুমগদনে নিপা অমদা থঙও। সিগী মতুং নিংথৌ অহু নোংপোকলম চংথিগ'নয়ে। অমরক হল্লক্তনা নিংথৌ ওইরগদনে। হুমিং অহুম, থা অহুম, কুমশীং অহুম পানকাদনে। হে নিংথৌ তৌনকম-লাইকম, তৌনথোঙ-লাইথে ও থানা থৌনিজরবদি কুমশীং মীফু ( ৪০ ) পালগদবনে থঙও। মাগী কুমশীং অচৌবা ১৭৭৯ শুবদগী-হৌনা পাথংবনা নিংথৌ ওইরকপা লিশিং মতা শুরকপা কুমশীং অচৌবনা ১৭৮৭/১৮১২ শুবদা লাইয়িংথৌ পাথংবা কোলচংলগদনে। দোলাই ময়াম্বশুং তেরকলগদনে। থাঙ য়াইশু, তা থাংশু য়াই, য়াই পুন্নমাম্বু কুরু অনীমা থোরক্লগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৮৮/১৮১৩ শুবদা হুমিং অমা চাকচা ওইগদনে। অসি মতুং থা তরেৎকি নিংথৌ ওইগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৮৯/১৮১৪ শুবদা পাথংবনা কোলচংবা অহুদি মৈপাক হুন্তাইর-গদনে। কৌক্র মাইশা অঙৌবশুং কৈদোম চাহুই পোকপীদা ফারগদনে। তিংথৌ কোযনা পাল্লগদনে। মহাক ঈশিংগী নিংথৌনে। তৌল্লম-লাইরম, তৌনকম-লাইকম ওয়া ফাংলগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৯০/১৮১৫ সুবদা মৈপাকী নিংথৌ

ওইরগদনে। কুমশীং ভরেং ওইগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৯১/১৮১৩ গুবদা হনচৌভ চৌভমৈ ইমা কুমলকপা কিভাও শেংপা ভরেং কুম্লক্তনা নিংথৌ ওইরগদনে। অসিগী মতুং কুমশীং ১৭৮২/১৮২০ সুবদা লাইয়িংথৌ চরাইলোংবা মতুনা থা অহুমগী পুথিবা অহুনা তেসিল্লক্তনা নিংথৌ ওইগদনে থঙও। অসিগী মতুং থাগেম্বগী পণ্ডিত ভরেংনা কুরু ভরেং পোকলগদনে। ভরেংমানা নিংথৌরোল শীংকক পুয়া শেম্লগদনে। চেংনা থঙও। কুরু অহুম্মানা থনম্বা রানে থঙও।

---

# লাইচন

খোইয়ুম অসীবা কুরু সিদবনা মহাক্তগী অসীবনে, কোনচিন ভিংথোকপনে ২ মাপু থোকয়ে
অসীবগী লাইচং লাইওন্দি :—

সমতোন, থাকপা, পুলাং, পুরৈরোম্বা, নোংপোক সরারেন, পুথিবা, লোইয়া লাকপা, ময়াংনহা সারৈ থেকপা, য়োইমোংবা, সনামহি, থোংনাং নিংথৌ, তাউরোইনাই, কুপত্রেং, থুমু তুংইন্নবা, রাংথ মৈরোইনবা, রাইকোক সরিবা, লাইয়িংথৌ হনবা, য়েনলাংবা, হভোই নিংথৌ, সেংপান, রাংবরেন, বাখলাকপা, কৈরাউ লাকপা, খোংচিং লাকপা, অরোইহুং, লোকনিংথৌ, ঈশিং চায়বা,

নোংকাচেং, রানতৌবা, মুংকা সিংপাক। ২৯ অসিদি অসীবগী লাইচৎ লাইওননে। লাইমিং অসি খঙনা থৌনিও লাইনা চানলে। খঙদনা ভৌরবদি মাঙন-তাকনৈয়ে।

অসীবা কুরুনা লাইমিং ২৯ শুনা খোন্দুনা মাবু খঙদববু খঙম্বনো হায়বগী সাথাই য়েনলুপ কৌনা কায়রৈ য়েনলুপমা কৌয়ে। মমিংদি য়েনখুরোম্বী কৌয়ে। লংমাই য়েনখা মখোঙদি হোংপু য়েনত্রা রাই অহুনা খরায় পানবা থৈবিকপু পোকহনখিয়ে শিনবা থুংনা ভাইবং মী, নমু পোং কৌহুনা ভাইবং পানখবু কৈদোম ৯ মাঙা য়েন অহুবু কোকহন্দুনা অমমমনা মহৌ মহৌ কোকুনা মহৌ মহৌ লৈশেম নোংসেমখিয়ে। মকম ৯ মকুগী হৌথরিবনে মমিংদি খুরাই লৌফমলেননে। কোহুং অচনবা কৌয়ে। অমদি মোংবা হনবনে। পনলু, লৈয়েনবা, ওকশুরাকপা, খোঙাইবী, য়ুচেং, খোরিফাবা, কোয়ৌ হনবা লাই ৭ মা অসিনা খঙনৈয়ে। লাই ২৯ গা অমত্তনে। শুপ্পা লাই ৩৬ মা অমনা অসীবা কুরুগী লাইমিং লাইচৎনে।

কোনচিন তিংখোকপগী লাইমিং লাইচত্তি ঃ—

কোংলৌরেন অপানবা, পাখংবা, নাউহন অহনবা, থম্লাংবা; মুবা নিংথৌ, ভাউথিংমাং, য়াংকোই মিংথৌ, তুবু চীংনিংথৌ, অচাবা, য়াংগোই, থাংজিং, সেনত্রেং, ইকোপ নিংথৌ, আয়াপা, লৈকাচেং, রানমুবা, মুংজোংবা, নোংথিল চাইবী, য়ৌঙ ইকা, কোংটিংলেন ২১ অসিনে।

অতিয়া শিদবগী লাইমিং লাইচংতি :—

নোংশাবা, চাখাবা, মায়চিং, লুরাং মিংথৌ, লাংপুম মিংথৌ, সম্বুম মিংথৌ, থরারেল, পোনবি লুরাংবা, শিংতাবুং, পোইরৈতোন, খুনথিবা, পুদাংকোই, শুংপোকপা, সুংগাং মহারাবা, চিংথৈ নিংথৌ, মহৌ নিংথৌ, উনতিন উকাং নিংথৌ, যিপুনলেন, য়িতাইরেন, মকুরেন, থোংথোককায়ান, অন্দ্রো খুলাকপা, চেংতা, থম্বা, কৌব্রূ লাই ২৬ অসিনে।

হৌজিক্কি লৈমরেলগী লাইচং হায়গে :—

তাইবং পানবগী মমা মপা ২ মকপু ওইরিবা লৈমরেন শিদবীদি লম্নাই শন্দুল পুল্লগা পন্থৌ কোবনু মথুমযে। লুতুং শম্রাং পুল্লগা পলেম হায়না মিংগোবসু পাউথুবযে। মহাক্কী লাইথুরোম্বী, নোংথাং লৈমা পুথোক্লগা মাগা থানা লাইরেম্বী ও শুরে।

(১) লৈমরেলগী লাইচং লাইমিংদি :—

য়াবিরোক, হিবৈমা, য়িরাই লৈমা, হিকুবী, তরুং লৈমা, মুমজাউ লৈমা, উশোয় লৈমা, পেতাঙা, চিনপান লৈমা, য়িরোং লৈমা, নোংকা লৈমা, যিচুম লৈমা, চেংলৈমা, চিংতা লৈমা, হৈশোক লৈমা, হিযাংথাং লাইরেম্মা লাই ১৬ অসিনে।

(২) নোংথাং লৈমগী লাইচংতি :—

পাম্থোইবী, তাম্থোং লৈমা, লেমথোং লৈমা, লমতেং লৈমা, হৈনৌপোক লৈমা, থাংজিং লৈমা, চনিং লৈমা, শুংকোইবী—

কোন্দোই লৈমা, খুমলৈমা, ভাইরেমা, খাইরেমা, কৌওইবি, য়োং-সমা, য়াত্রে শিনহেবী, কোনলৈমা, খাকপা নিংথৌচন্থু, মোইঙ্কু চন্থু, পিথেং লৈমা, লেরা (লাইবা) লৈমা, লাইশন খানবী, খাবী লুকোক চন্থু, লিক্লা পিচা, য়াতবীরেমা, পিথুহই খোংজ্রাইবী, খরিক লৈমা, পুশরি লৈমা, লৈমা হুংলাউবী, খাম্বী য়িয়োংচেং ২৯ সিনে।

লাইখুরোম্বীগী লাইচত্তি :—

লৈনাউভাবি, লাইসনা, চিংঙ্কুরেমা, থমঙ্কুরেমা, অঙ্গমঙ্গু, অরৈঙ্গু, খেরেরোংবম চন্থু, তোনথাংঙ্গু, শোরোন লৈমা ৯ মা সিনে। লায়না তৌগনো লুবনে॥

মেন কৌবদি যিপা যিপুবু কৌবনে।

উত্রা কৌবদি মাযেনশংবু কৌবনে।

পোং নিংথৌ খেথোম্বা, মৈতৈ নিংথৌ ক্যাম্বা মথুংকানে। লাই পুম্বগী কুমগা শংনে।

১। মঙাং গুরুদি হুমিং থোক্লকপনে মমিংদি পোংলেন ভুথবা কৌয়ে। চহি ৭৫০ নে।

২। লুরাং গুরু হুমিং য়ুংবনে। মমিংদি মিত্রোং কৌয়ে। চহি ৫৬০ নে।

৩। খুমন গুরুদি হুমিং তাবনে। মমংদি লুমলেন ভুথবা কৌয়ে। চহি ৩৬০ নে।

# লয়হৌ নোংহৌ

হযি লাইয়িংথৌ তাইবং পানবা মপুগী থুয়াদা ইথুং তরামানা থুকুম্না ইজররে। করি করিম্নু লৈতম্নিত্তেদা অতিয়া শিদবনা মহাক্তগী হুমিং, থা থোরে। লৈপাকম্নুং নোংথৌম্নুং শেমলে। কৈতোম ৪ ওইনা য়াংলে। কৈতোম ৪ মাদা অতিযা সিদবনা লাই অমমম শেমলে। মৈত্তে লৈবাক্তা শেম্বদি অতিয়া সিদবনা অসীবগা কোনচিন তিংথোকপগা অনিমা পোকএ অসীববু তিংলুপ ওইহন্দুনা লাই থৈবিঙ্গী খুবম শেমহুনা নিঙলে। অতিযা সিদবগা কোনজিন তিংথোকপগা ২ মা তিম্নরে। খুবম শেম্লে। কংলৈ কোমা থিংগ্রুম চাংথু নমথাও ওইহুনা কোনজিন তিংথোকপনা কম্লে। মমিংদি মী হীং তোং লয়ম্না মীহিংতোং মনিক ত্তে ত্তে নীকু কোএ। কংলৈ পুংময়োল কৌবদি অসিমেৎ নমথাওদি ওংচি য়েঙ্ কোএ। কৌত্রু অচিবনে। অদুগা কংলৈ য়াথোকফম্লে। সনা-মি কুক্কমচাং কোমা কংলৈ হুংনাংপাল কৌবদি কুচুনে। থেম অহান-বম্নুং অতুনে। অদুগা অতিয়া সিদবগা কোনজিন তিংথোকপগা অনিমা তিননা কমলে। মমিংদি ওং কুম চাং কোএ। অদুগা

তাইবং পানবা অসিদা পান্নবা মওং শেমগে হায়দুনা তৌরিবৈদা অসাইগী অসীবা অদুনা তাখিরে। থাগী মচৌদা কাখিদনা মহাক্তুগী শামদোন অয়াঙবা কৌনা মওং অশেম্বা অদুবু মহয় অংক পান্দবি-বৈদা নেংথংলে। নিংথৌ ওইবা অদুনা ঐনা তৌজবা অসিবু কনাগুম্বনা য়ৈথাইবনো হায়না লৈবাক্কী সেকনিং চিন্না ৪ মাদা মথোঙ থাঙ্গৎতুনা য়েংএ। মমিংদি কোন্দে খুরাই তাঙবা কৌএ। নোংথৌ মতোম্দা মমিং পাং অমা উইদুনা য়েংববু উরে। মমিংদি সোঙপু চিন্নাই তাঙবা কৌএ। অসীবনা থাগী মচিদা লৈবা অদুনা মকোক্কা হুনি ওইরে। মহাক্কা লাই অচৌবা ওইরে। মমৈনা মায়োং ওইরে। থাংজাম্নুনে। থাংচিং কৌনা ঐবু তা-নদে হায়দুনা তৌবা ওইরে হায়না নিংথৌ ওইবা অদুনা নুঙগী মথক্তা কোনমায়ও সং কৌনা লেপতুনা পিসাতাউনা কোনসঙদা লৈঙম্বনা হংএ। লাইয়িংথৌনা হায়রে। নঙদি মী শাউ-ও। পিসাতাউনা খুমএ। করিদগী লোও হায়বনো? লাইয়িংথৌনা খুমএ। নহাক্কী থক্সিন্দগী লোও। পিসাতাউনা খুমএ। কনাবু তম্না শাউও হায়বনো? হায়না হংলবদা লাইয়িংথৌনা খুমএ। ঐগী ইহক তম্না শাউ-ও! হায়বনে। অদুগা পিসাতাউনা মমিং চৌংঙ, অশেম্বা কৌবা মী শেন্নিবৈদা লাইয়িংথৌনা মহাক্তুগী হুইখরে। হুইচিন কৌনা য়ুমিং চিনবু তা'এ অদুগা ওংলোতোন লৌখিববু মাজিং শানা মমিং সনা ওংলোরেন কৌনা কাগে হায়দুনা নিঙলিবৈদা সনা খোংনাং লৈমনা মাগী খোংলিবু পীওমদুনা মাজিংনা শগোল কারে। শগোল মজিংদি মহামনিক তেবা পক্ পক্ কৌএ। মশা করে, লাংসুম্বা

থনলে। কুচু থৌদাকমদি হায়েন অহানবনে। অহুগী অয়াংদা ঊকোংলেন, নোংপোক্তা য়োৎচাইবা, নোংচুপ্তা কোংটিংলেন মিং-লমদা থর', লাইচিদা চেংঙা, মৈরমদা য়ুচেং, থা চিথেক্তা য়ুহা লৈবাক ময়ায়দা লাইয়িংথৌনা মথুৎ মশা তিংনা মমিং সনা কোং-টিংলেন কৌনা নূংবী-নূংলাই কয়ম্বনা নীকহন হাহন্নোইএ হায়দনা ঙাকএ। অহুগা মী শেম্বা লোইরে। মিং কুপত্তে, নিংশা হোন্দে হাযহুনা অংকা অংক তারে হায়হুনা অতিয়া সিদবনা থুম্লে। চৌংঙু অশেম্বঃ নঙ চঙ-ঙ! হায়ববু চৌংঙু অশেম্বনা থুমএ, ঐদি ঙম্নোইএ, অতিয়া সিদবা নঙহুম চঙ-ঙ! হায়নরে লাইয়িংথৌনা লুরাইগী লিনফুদা থুৎনাউগী খুচিন্না থায়না চঙখিরে। মমিংদি ক্ষেতে হিং সং কৌএ। লাই ৫ মাবু থুৎনিংথৌগী তাংনা নম্না পুসিন-খিরে। থরাই ৫ মা ওইরে। থুংশাবীগী মথুংদা থুংলে। থরায় ১ দি নোংলে, ১ দি পিয়া, ১ দি নেলশে কৌএ। অহুগা লাইয়িং-থৌগী মমিংদি সনা লৈহৌং শং লয়পুনবা কৌএ। অহুগা লাই অপানবনা চঙলক্লে, মমিংদি মী হিং তয়বা কৌএ। থুশিংথাদা কম্লে। অহুগা অসীবনা চঙলক্লে। লৈবাক্তী য়াকমদা থুংলে। মমিংদি লৈসীরেন লৈপূবা কৌএ। অহুগা সিংলি থাথোং লাই-থোং মরোংথোং অহুম্মাক্তী থাথোংনা লুম য়েত্তা থাংলে। মরোং-থোংনালুম ওইদা থাংলে। অনিমা অসিদি খাউনে, লাইথোংদি শিহুংদা থাংএ। অসিদি য়াঙনে, অহু থৈবিক্র তিঙলি য়াঙলিএ, থকোকএ, হকাম চলএ, হকথি থনএ অংক অংকা কৌরকএ। অহুগা মমিংদি লাংবচক কৌএ। মী অসিদা নোংদম্নবগা তাবদি অথোক-

শীংঙইয়েনগা মঁহোং তাইমায়েনগা অনিমানা নোংদমএ। অনিমা অসিনা হকচাং মমুংদা লৈবদো থমনুং কৌএ। অনিমানা য়েংনা লৈবদি কোনবিরেনে। অনিমানা লৈরবৈতদি মুচু নিকএ। অনিমানা খোকখিরবদি রাঙচু নীকএ। থমনুংদা লয়রেংনবা হায়বদি অসিনে। অহুগা অশংবা কৌবদি তামযেননে। অঙাইবা কৌবদি অথোম শীঙইয়েমে। অহুগা শাচুং নিংথৌ কপোম্বনা অঙোম চমু থিংবা ভগী পামহনা লিশিং চায়বা পোকএ। মমিংদি কু হিং চি কৌএ। অবদি কু হিং শং কৌএ, ১ দি কুমায়রেং কৌয়ে। অপুম তৌনা মমাগী মাঙলমদা চুঙোয় থাঙশাং শুনা হাইনা হাইনা খোকখিয়ে। মমিংদি পামহৈবা কৌএ। লিশিং চায়বগী লাইপোক্তি অসিনে॥

হৌজিক্তি মী অহুগা লাইথিংথৌগা তাম্নহনা মী নঙীদমক খুংগু খুংলায় চা-ন-পানা থৈবিক পুখোক্লক্লে। মকমদি অশঙ থামপম কৌবদি অহুনে। কুচুগী তা-নবা অহুনে অহুগা মী অহুগী খুংগু খুংলায় চা-ন পানা থৈবিকপু মথুক্তা থুম্না কুচুদা পীরে অহুগী কুচু কৌএ। অমরক খুংগু খুংলায় থৈবিক শুহনা পাথংবা কৌনা লৈরে। পাথংবা অহুনা তাইবং পানবা মী থৈবিককী পূক্লিং তম্নবা সেমগে নীংলে। ইহাকী নমথাঙ অসিদো সনা থিং-খুম চীং অসিবু কৌবরুগী চীংনে। মমিংদি হুম চী অ ুম হুক কৌএ। কুচুদি মীক্রু চীংনে থাংজিংগী চীংনে। মমিংদি লৈ-তোংলেঙ ঙাংতুরেং লৈয়া তরং কৌএ। থাঙদি ঙাংঙোই হীং কৌএ। চুঙদি ঙংকুপ্পা কুপ ফেং কৌএ। থাঙদি পিংতরং থাঙ-কুপ ফেং সং, মীয়াক থাঙ কৌএ। কুরুম চীংদি নোংহুম সঙনে।

নোংপোক্পী চৌংনে মমিংদি ভু থায় হৌং ঙাঙক্রবা কৌএ। য়োইমোংবগা, তাউথিংমাংগা অনিমানা শুবা থাঙদি মমিংদি হুঙ হুঁঙ চী অঁ, হক কৌএ। লাইরেন শিদবনে। লাইরেন সঙবদি তিনলীহুক কৌএ। কাকলেন কা-নবা থাঙ অহু পুরক্তুনা য়োইমোংবদা পীরে। থাঙ মমিংদি চীকূপ-কেং ঙাঙক্রেংবা মীয়াক থাঙ কৌএ। থাঙ অসিনা কাকলেন হাইনেএ। কুক্রু সিদবনা মচা অনিমাগী খোঙ্গাল য়েংগে হায়হুনা শন য়োংমানবীগী মটন অকংবনু তোংহুনা ক্রুম লাউনা সানলকপা মফয়ে। অহুগী ক্রুমচীং কৌএ। মরোংখোংদা তাউথরকএ। য়াইমবগী হিদেন্দি য়িমজাউগী সাইপু লাইথংবনে। কুক্রু নওবা থাচীক্তুনা ওকপিদে। অতোনবগী হিখেন্দি হিকায়মনে। গুরুনে হাযবা থঙহুনা থায়ে! মমিংদি মীখামলেন কৌএ। চিংখংলে মীচিংলেন কৌএ। চিংখংপা মফম অহুদি অহুদা অতোনবগা কুরুগা তিময়ে। লাই থৈবিকনা ঊগনে হায়হুনা খললে। মমিংদি মীখনলেন কৌএ। কুরুনা তোংবা সন য়োংমানবী মটন অহুদি মৈদা ঈকলে। শমমনদি লুচামকমদা, হুঞ্জিলে। লুচামকমদগী হিংখংকক্তুনা মীহিংলেন কৌনা অয়াংলম লাইকমদা খোহু নূং শঙবগা তিময়ে। পেথংলম কৌএ মফম অহুদি মংলেনগী মনাক লমলেন ময়া লাইথংপাংবা অহানবা কৌবদি অহুনে। সনাচীং সুমেরু কৌবদি মংলেয়ে। লাই কয়রুংবগী চৌংনে। মমিংদি কংসুচা কৌএ। নোংদোম কৌথসুং অহুনে। মাগী মতোন্দগী কোইথোকখিবনা ললহামপূং ওইরে। শিমান্ নাবনা ললহামপূং কাক্লবদি নোংমোননে হায়না কারুইএ।

মঙাং নিংথৌনা নাউথিংখোংদা মকম অতুদা মং লিংও হায়রমএ। অতুগী নাউথিংখোংনা মং লিংএ। নোংথৌ কা-নবা মকমনে। অতুগী নোংথৌ কাবা লমলেম্নে। মংলেননে মোংবা সঙ্গায়নে, নোংমোইসু অহোঙবীনা কোয়ৌ নোংদোম্বকী লৈয়েন লৈচাউপা, লংমাই পুংদোংগা শম্চি হুকতুংথাংগা থবাক ঙৈথোমগা খুৎতোন খূদাংগা সমমৈ সমদোনগা নোয়না ঙমদমগা রাইথুংকমনে। কংলাগী নোংপোকথংবা সামুখোঙগী নাকপক লাইথংবা অতুনে। য়োই-মোংবনা কাকলেন ফানবা মফমদি মোংবী চৌংদা লৈএ। লাইচৌ মমাঙদগী হিকারয়ে তা য়াললে। তুরেল বাংমা অতুদা খূগা মরু লৈএ। অতুদা অমা পাল্লে। কাকলেন মফমদি মোংবী চৌংদা লৈএ। লাই কংলানে। য়োইমোংবনা হিকারমগী লাংচিদা য়েম্নাউবা শান্নরে। কাকলেম্না লংথরক্লে। কাকলেনসু থুরে। য়োইমোংবসুং চেনথিরে। তাউথিংমাংনা কৈদেনবীদা লেপ্লিঙৈদা থোঙ্ নূংথেন লৈমনা তাউথিংমাঙ-ও! নশাবী য়োইমোংবদি মাগী থাঙ নূংসম্বদি করম কাউরম্বনো হংলমএ। তাউথিংমাংনা সাবী য়োইমোংব ও নঙগী থাঙ নূংসম্ববু করম কাউরম্বনো হায়রবগা থাঙ মথম্মনা কাকলেনগী নাকন্দা কাংলবগী য়োইমোংবসুং থোক্লকলে। কাকলেনগী ঙকলি তুপলে। সিনাইবা লোয়সঙ মনাকী য়িরেন্দা তায়ে। মতোংদি থারম লোই পুন্নমাদা পিজরে। মরুদি তাংথুল অরাং পুন্নমাদা পিজরে। মকোক্তি মোংবী চৌংদা লাই কংলাগী মথাদা থমলে। য়িমজাউ মমাঙথংবগী নূং অতুগী মমিংদি কে কে তুম চৌরীক কৌএ। য়াংথুববু উতোম্দগী কাকলেননা থাংথবিরক্লে·

হায়বৱু কাকলেন নঙনা থাংথগে হায়রবদি ঙমলোইএ। নঙনা ঙমগে হায়রবদি নুং অসিবু থাংখৎলো-ঙ হায়ত্থনা কাকলেন্না থাংখৎলুইএ। অহুগা নুংস্নুং য়াংখুবনা থাংথরকএ, অহুঙৈগী নুং অহনে, নুং অহুগী খা থংবদা স্নমসঙনে। লাইদি লাইরেম্মা নামুং-বীনে। মমিংদি লৈখোম হুখোমহুবী নপ্ চী কোএ। চীংথাং লাইরেম্মাবু লংমাইচীংগী মতোম্দা খোমহুক ঙইনা থমলে। লং-মাইচীংগী মথোন্দা লীৎথরক্লুনা ঈসিংগা লোয়ননা লৈবাক মরোম্দা চৎলকএ। কোংবগী মরূদা থাখোং লাইখোং অমিমাবু উপ্লে। অহুগী খোমহুক কোএ। লোইরেন থুনবীরোক কোবদি অহনে। অহুগা থাংখোকখিরে। কম্পোং পুস্তা ঙারে। অহুগা য়োই-মোংবনা য়িমজাও সারে। লপয়ান কাদা পাথংবনা লৈরে। মমিংদি লুরী সিংথা হীংপাক কোএ। মথং য়িম্মাঙ থংবা নোংচুপ লমদা ঙানবা লৈরে। মথংগী নোংপোক লমদা চেংলৈনা লৈরে। নোং-চুপ লমগী য়িম্মাঙদা লুরাং লৈরে। মমিংদি থুম চী থাক্ কোএ। য়িমজাউ মমাঙদা মাংলুক্লা চরা হুলএ। মঙাং নিংথৌ য়াঙৈএ য়িম্ফমস্নুং অহনে। মমিংদি ঙাং মনীক কোএ। লাইয়িংথৌনা চাকা থাক্লবা লৌ উবা তমগে হায়ত্থনা নোংসানা তাম্লিন কাম্বএ কৈনা ডি-তি কায়এ। লৌ উবা তম্লে। লাইয়িংথৌনা নুংথেৎ লৈমদা তানা লয়য়ুখোং, য়ুহীথোং থোকহলএ। অহুঙৈগী নুংথোম লৈমনা কৈদেনবীনে অহুঙৈ লৌ উবা তম্লে। মকমদি লপয়ানকা মাঙসোক্পী লোইয়াফম্লে। মমিংদি নুং সং লীক, লীক কোএ। চীংথাং লৈমনা থাংখোকখিরবা থম্লবা মকমদি ঙায়াম্লে মমিংদি মী-

লপ মী হীং নপ ফা কৌএ। চীংথাং লৈমগী সায়ান থম্বদি য়িমজাউ লৈমনে, চয়োম য়োম্লম্বন্সুং মানে। ফৌওইবীসু মানে, লাইলনাসুং মানে—মমিংদি হোন হীং নপ ফা নপ কৌএ। সরারেনগা য়োইমোংবগা তৌনডৈগী য়োইমোংবনা মচন মেম্নু সাদনা লাংমৈ পুংলেন চিন্দনা ঈসিংদা চোংথখিরে, মহাক্তি লূপচিনখিরে লাংমৈ তাউথোকএ। অদুগী লাংমৈ পুংলেন কৌএ। য়োইমোংবগী মমিংদি হুম চী অঁুম চুপ্ কৌএ। য়াংখুবা কুয়ানলোক য়াংহনবা কুডাউলোকসুং অদুনে। পোং য়িমফমদি অপোং ইংথোন্নে। চীংবী লৈমা ঈনচীংথোংসুং লায়বা নাহা উডাম থাবা থোংসুং ললায় য়িম মরক্তা লৈয়ে। য়াউরৈবীদা হুমিং, থা অনিমা থোকএ। থাদা সকোল থোকএ। হুমিং, থানা কোয়বদি সনাচীং কংলাবু কোয়বনে। মুংবদি নূঙ্গোয়বীদা য়ূ'এ তাবদি ফৈদেনবীদা তাইএ।

খাই নোংজেংবম পীবানা তাউহুইরেংবু কাপ্পদি কুচুদা কাপএ। তাউহুইরেংনা থোকপদি য়াউরৈবীদ থোকএ। খাই নোংজেংবম পীবাদি থাবনে, মানা কাপ্পদি তাউহুইরেং অতুদি ল'বগী য়াইনে। লংবা মহাক্তি নোংপোকনে। পান্থোইবীগা হৈরেম কাডহৈহুগা ডাখিএ। হয়েং অমরক হন্না থিসে হায়না রা থায়না থুম্লমএ। অদুগী রাথায়কোন কৌএ। হিকারম্নে মমিংদি রোং সেং থাইবোক কৌএ। রাথায়কোন্দা পান্থেইবীবু থাবদা ওংনবু নোংপোক্না হায়জেএ। য়োইরেন লোইসংদগী মমিং অসীবা, নোংথৌ অতোন্দা লৈরিডৈডদা লয়পুন কিংনাইবা কৌএ। লৈপাক মথা লয়ফু থুংকুম্বদা য়াত রিডৈ মমিংদি লয়ফুরেন কিংনাইবা কৌএ।

অহুগী লয়ফু মহুংদগী মুহুবীনা তৌবগুম সনা মচুকুম্না থোক্লকএ। সনামহি য়োইরেনবা কৌএ। অহুগী য়োইরেন লোইসঙ কৌএ। সকোম্না য়াউরৈবিদগী থোক্লকএ। সারম থোঙদা থোক্লকএ। মারজিংনা কাদনা লাংসঙদা থম্লে, মোইরাম্বা কৈথেল্লে। নুং অহুমুং অহুভৈগীনে নুং অহুগী মথাদা লাংসঙনে, নোংচুপলমদা য়োইরেন লোইসঙনে। মাইবসঙদা মাজিংনে। মমিংদি ওংলৌরেন কৌএ। অমেৎপা লোইসং অহুনে। অনিমা তিন্নরে। মেৎপি মাইবীচাদি পান্থোইবীনে, মমিংদি তিং তরেংলু কৌএ। থাঙদি সিঙভুমনে মমিংদি সেংতোন-য়াৎ কৌএ সিনথোক কাৎনবা থাঙনে। সিন্নাইবা লোইসঙদি লাংসঙনে। লাইদি পাথংবনে। মমিংদি লৌরীপুন মীতিনলীক কৌএ। থাঙদি হাকনে মমিংদি থুচীকলি তিচীক্লি কৌএ। অসৈ লোয়সঙদি লুন্নাং নোংহুম্নবা মনাক্কনে। থোংনা কোয়রিবগী নোংচুপ থংবা অহুনে। লাইদি পোইরৈতোমনে মমিংদি তিনসঙলেন থাকনিঙ কৌএ। কৌগৈ হনবদি লংবগী কয়নে। মকমদি সঙলাংমৈগী মথক্কে। সঙলাংমৈদি পাথংবগা লাইসনাগা অনিমানা কিসেৎ লেথোমকল্লে। কিসেৎ অহানবদি লৈরুথক্কে। নিঙথমনে। কিরেল লুসেৎনে। লোল্লেনে। সমজিন লেংথাংনে। ফুরিৎ কোনথানে। কিহাই নিঙথমনে, অসিদি পাথংবগীনে। লাইসনানা সেৎপদি লুরেম লুচাউ কুমসং কানিক কাব্রং কানক, কাব্রং থাওন, কৈসা লেংথাং, ফুরিৎ সংপারেন (সমপ্রেৎ) কিরেন কানক থারোন কানিক সমজি নাসি থানীক থাংখা, পুমথিৎ সারবা, নায়ান, সারেন কমথাঙ, খোংলী, থাঙবম

হৌমম্নরকএ। ফিসেৎ অসি খৈবিক সেৎনবা মফমনে। ফিসেৎ অসি তম্না মোইরিং লয়চুনৈএ। অয়েক অখোৎ তম্না সাইএ। অতুগী সঙলাংমৈ কৌএ। পাথংপানা ফম্বাল তোংবা মফমনে। মমিংদি মীকোক্লেন কৌএ। ওইদি মীহিংলেন কৌএ। নিংথৌ ওইবনা ফম্বাল কাবা মফম্নে। অতুগা রাঙ্গোল কৌবদি নোংপোক্পা পান্থোইবীগা ওক্নবা মফমনে। পান্থোইবীবু রাংঙয়োন কৌএ। পান্থোইবীবু রাংগোন লাইরুয়া কৌএ। রাঙ্গোন কৌবদি অতুঙৈগীনে। মফমদি সঙলাংমৈগী মথক ফৌগৈগী মনিঙনে।

চৈরাপতি থমতিংকোননে। মমিংদি মীপোকলেন তরংবা কৌএ। সনথোং মমাংগী নুং মথক্তা লেপ্লুনা হে মীওইবশিংও! অক্ষবনা ক-ও! ফতুবনা ফতু-ও! অসুম্না রায়েল্লমএ। অতুঙৈগী মফম য়েংহনা চৈরাপপু মথারম সাহনা রায়েলএ। অতুঙৈগীনে। থঙও! তনবা, তোকপা, হুনি ও মাবু নুং অতুনা নন্দুনা থম্লিএ। নুং অতুনা তাউরবদি লৈবাক রাথোকএ। রায়েল অকোনবনে। মফমসুং অতুনে। স্নথোঙ মনুং থংবদি শামু থোকপা মফমনে। মমিংদি লয়রং তুং কৌএ। লুরাং খোকরাপোক চেংঙাপান কৌবদি খোকনম চেঙনম্না লৈএ। লুরাং পুনশিবনা ময়াম্বু সিররবা হায়না মসানা লৈবাক্তা ফুমএ। মমিংনা ঙচেক লাংমৈ ওই-থিএ। অতুগী ইরোইনা য়িরাংএ। শায়াঙ অমা লোংনা ফুমএ অতুগী লুরাং নোংহুম্ফম কৌএ। খোংনাং অতুনে। মারজিংনা সকোল কাউৈদা সনা খোংনাং লৈমনা পোংনাউতোন লৌথিবনা সকোল কাগে লাকপদা করিনা কাগবনো পাউহংবদা খোংলি মতুং

অমা থাইবিরে অহুনা শগোল ফানৈএ। অহুগীদমক খোংচমলিকা সাকাংলি কৌএ। মকমদি নুঙ্গোইবীগী শঙ্গোং পাংবা লম্বী অনিমাগী মচী অহুনে। লোয়শঙস্থুং অহুনে অহুগা শজিফু থাদা চঙোইনা খোংবদা মরোংখোংদা খোংলম য়িনিবা মকমদি অহুদনে। থাবা নোংজেংবগা পাথংবগা চাউবা শৌপোন ঙম্বগা কাপ্পবস্থুং লাইমনানা পাথংববু খোনথংপস্থুং নোংচেংদনে। অহুডৈগী মকম স্নরৌএ।

লাইয়িংথৌনা বাঙ্গোন ৩ লক নোংশাবা কৌএ। বাঙ্গোন অহানবদি হিওনথামনে। রাঙ্গোন অমদি মেন্থু খোংনে। বাংমগী হৈগ্রী পোকপীগী নুংপাক অহুনে। রাঙ্গোন অমদি থংহুংরাগী ঈরেন অহুনে। অমদি মোংবী চীংনে, তুবু লমবু লৌত্তাবস্থুং অহুনে। চেংলৈগী য়িমকমস্থুং অহুনে। পোইরৈতোনগা লৈনাউ-ভাবীগা খুম্মোকডৈদ। চাকোং ৫ খাবৈ ৫ লোঙলম ফাইরমএ, ফাই-রোং লমফাইরোঙ কৌএ। চীংখোং পোইরৈতোন্না ময়াম্বা ঙাইবদি লফুং লয়না থা-না, হেপু ঙাইথম্বদি ফিবুল লয়না থা-না চাননৌও হায়রমএ। অহুগীবু মহৌ চান্ন-লোক-ও কৌএ। মকমদি য়িমজাউ মনিঙনে। পোরৈতোন্না বায়েন স্নাইমবনে। তাউথিংমাংনা ওক অমা লোইজবু য়োইমোংবনা লাই থৌনিসে হায়রে। ওক্তনা নিরে। যোইমোংবনা তন্না চারে। শোংলে। য়োইমোংবনা ঈশিং মনুংদা লুপখিহুনা খোইদগী ভাদো ঙম্না চারে। অহুগা তাউথিংমাংস্থুং খোয়দারে। য়োইমোংবনা ঈশিংদগী লৈ-কাক মনুংদা চংখিহুনা অশাংবম অরাম্বম শুম্মাংদা ফাওরুহুনা

অশাং অরাম্বমগী য়েন চারে। হামেঙ চারুইএ ফিমুং পুশিনখিএ। অশাং অরাম্বমগী মনাইনা উত্তুনা মচিদা তাক্লে। ইচি-ইনাওনা তাম্নবদি অরেম্বনে। কংলৈ লয়পুংথোক লয়য়ালাংবু লৈঙমএ। হায়বগী য়াওরৈ লৈয়াখি থুনকাম লয়নামুং কৌএ। মমিংদি অোংচা শুত্রেং হুপ কৌএ। য়াউরৈবীনে। মারজিংনা অপোকপমুং অসিবমুং সেন্নৌও হায়তুনা মাইব-সভ লিংএ অদুগা পোইরৈতোম্না থুম্বোরকউেদা মচা মস্য় য়াম্না সিরে হায়তুনা অসিবা লমলেনবু লুরৌ কোকলৌ, লয়কোয় থানসা, কাইরেন য়িমসা শেমও! নোংথৌ কানবা সেমও হায়তুনা, সেমতুনা অদুগী অশৈবা লিংএ। অদুগা পাম্বোইবীনা মীওইবগী হকচাংদা পোমলিবা পাংলিবা খৈ-বিকপু হিদাক স্থুনা থকমুনো ফাংথোক মেংথোকও হায়রমএ। অদুগীবু পাম্বোইবীনা অমেংপা লোয়সঙ লিংএ। কোলোয় লৈমদি সরাম্নে। মমিংদি মরুহীং কৌএ। অহলুপ লোয়সঙদি লাই-রিংথৌ পাঙ্গনবগী থুংমনে। মমিংদি কুরুম মচি কৌএ। মঙাং লিংথৌনা নাউথিংথোংও নঙনা লোয়সঙ লিংলুও। পাঙ্গনবগী থুবমনে হায়তুনা লোয়সঙ লিংএ।

লাককপা লমলেন হায়গে। কুরুদগী থোক্লকুনা কেক্রুপাম্দা মহাক মথমগী মঙকপু কমথংলদনা চীংকোম্দা চেনখিদনা থোসা-রুইএ। মহাকী মকোকপু লালু ওইবা অদুগা সাসিঙ লানসিঙ সুরে হায়তুনা নোংথৌ মতোম্দা হুনথংলে। মকোক্রা হুনি ওইরে। মহাকী হকচাংবু ককতুনা লাই অচৌবা ওইএ। মমৈনা নারোং ওইএ। মমিংদি লয়রংলেন, খোংচিরেন, ঙাওবা হুব ঙি হিং কি

কৌএ। থাঙমিনা চুমিথাং থানএ। থাঙ মমিংদি জোং কিরিং রেংতা সেং জোং হুপ কৌএ। চুঙমিনা নোংথাং কুপএ। মমিংদি ঙং কুপ ফেং কৌএ। কেক্রুপাননে। খোসাবা লাই মহাক্তি থাংচিংনে। কৌক্রনা কেক্রুপান্দা কম্রিস্তৈদা মখুংনা উফুল লোতনা কৈ সাহনা মমিংদি অসি সা-রা কৌএ। অনিমাগী মমিংদি লয়ফুন কৌএ। অহুগা শক্তি রানে, মকু রানে। মবেংনা কৈ নঙদি নোংখৌ মখোঙ কোয়রুও! হায়না চৎখিরে। লাইমিংখৌনা হায়রে। মকু-ও! ইখোয় ও মাদি মঙ লৌনসে, অকবা মঙলবম্সুং কনসে, কত্তবা মঙবম্সুং ফত্তনসে। ইখোয় অহুম্মানা হৌপ্তনা মঙ তমসে। সবেংদি সিবা মঙএ। সবেংনা মকুদা মঙ লৌএ। মকুনা অসিবা মঙলবদি কত্তে হায়হুনা তাইবংপানবা মপূদা হায়রে। ননাই সবেংবু সিবা মঙএ হায়না কংলে। লাইয়িংখৌনা হে মকুরাও! অহুনিদি মঙজনগুম্সে সিবা মঙলবম্সু সিগুম্সে অফবা মঙলবম্সু মকএ। কত্তবা মঙলবম্সুং কগে হায়হুনা চুম্মরমএ। অহুগী চিং-খোংম্সুম্বা অসিবু কেক্রুপান কৌএ। অহুগা সাপেংনা থুংলরে। কৈ নঙত্তি কনচাউএ। হায়হুনা চৈপীরবদা··· চপসিন্দুনা মখোঙ সেকলে। লাইয়িংখৌনা হায়রে। কৈ নঙম্সুং সাপেং নঙম্সুং মকু নঙম্সুং নখোয় অহুমমাকী কুমসিং ম্সুরপাকী মকম অসি হেন্না সিরবদি লৈপাক্কী সেকনিং ওইনকাত্তানে।' কৈম্সুং, মকুম্সুং সাপেংম্সুং মাখোয় ও মানা কেক্রুপান্দা পোকমরেএ।

হৌজিক্তি মীওইবগী রাইথুং ওইনবগী রাপু হায়গে কোনচিন ত্তিংখোকপনা নিংথৌ ওইগে হায়হুনা পাখংবা কোনা মুমিংকী

পুংমায়দা লৈরে। মহাক্তগী সন্নারেন ৩ থোক্লে। ১ দি সাপিনা সারে। ১ দি তোকপানা সারে। ১ দি ন্নাবনা সারে। অতুগা ন্নাবা নওদি লয়কু লয়রায়দা য়িমসা তমঙমও। ফুসা ন্নানলা তম-ঙমও চেংলৈবম ওইনা ফুসা ন্নানসা তমলৌএ।

সাপি নওত্তি ঙানপা খমচিংকোন সাও! তোকপা নওত্তি লুন্নাং সাউও। সাপি নপিংঙাত্তি হুমিদাং মাঙওইপা সেমলুও হায়তুনা শেমহল্লে।

খমচিংকোন্না লাইগী মচুগুম্বা লৈনৌতাবা কোনা সেমলে। লৈনৌতাবীগী মহকপু ৩ ওইনা খোকহল্লতুনা লাইথুরেম্বা কোনা ওইরমগী সানা লৈরৌরে। পোইরৈতোনগা লৈনাউতাবীগা অনি-মাদি খোক্লক্লে। পাখংবস্থং কুম্নকলে। লৈনাউতাবীস্থং লাইসনা কোনা খোকহললে। পাখংবগা পান্নরে। লৈনাউতাবা কোনা পোইরৈতোন্না লৌরে। থোংঙারেন্না ঐদি চাক্রিবা খুংথোংবা সানা খোকলে। লাইখুরেম্বা কোনা মপিংঙা খোকলে। লাই-খুরেম্বীনা তাংগ্রিবা হুংশিবা কোনা মপিংঙা খোকলে। অস্তুন্না কোন্না খে ক্লকলে হায়বগী খমচিংকোন কোএ। অসিনা খমহুং মরোল অমনে। মরোল অমদি পোইরৈতোন্না হায়রে। লৈনাউ-তাবা নওদি য়াবীরোক্ক সাউও। ঐদি খোহু নূংসঙবা সানা নূং-গোইবীবু মকম ওইনা সেমলে। থিঙু সাবা লৈওনহুং ওইবা অতুগা খোহু নু সঙবগা য়িমদিন্নরে। মমিংদি হাইও তিল্লাংপুম কোএ। চাকচাদি লালহাববু চায়এ। অতুগা মেরা সন্দুবদি লৈমা নিংথৌ অনিমা পূনসিএ। অতুগী ঈন্নাংপনে। অসিগী সন্দুবা

মকমদি থাংচেননে। অসীবনা লৈবাকপু খোমজিনবগুম্না সীরে। লৈফুং খোমসিন্নেন কৌএ। মরোংখোংদা য়িরথংলক্তুনা নুঙ্গোয়-বীবু তরেংলক য়েংলহুনা মমৈবু ময়ানা চিক্লা মখোয়দা ঈনসিন্না লৈএ। লৈবা মকমস্তুং অহুনে। লৈবাক মখোয়নে। অহুগা কংলৈ অসীবগা খোহু নুংসঙবগা য়িমদিম্নে। মমিংদি তিল্লিয়িহুপ কৌএ। অহুগা খোঙ কারন সারে, হ হ অ অ ঙঙ ত্রুবা কৌএ। থমহুং কৌএ। খোহু নু মু সিনবনা য়ুংপং পুংনে থমহুং পুংনে য়েনকাউ পুংনে অহুনে। সরা কংলৈ পুংফাবা কৌএ। থমহুংগী খোঙদি অয়াংলম লাইকমনে। মহাক্তি উত্রাষাঙ অরাং থংবা নুঙ্গোয়বী মনাক অহুনে। থমহুং পুং অমদি নাকনবম স্মুম্মাঙনা লানপুং কৌনা লানহাকমনে। তাউরোইনাইনা নোঙ্গাকমস্তুং অহুনে। পুংচি অমদি অঙোমগী মংনে। পুংচি অমদি মংনাউ-তানে। পাসিস্তুং অহুনে। পুংচি অমদি কোনলোয় লৈমনে। থমহুং পুংচি অমদি থমহুং হলরাইরকপনা চয়োম খোককমস্তুং সরা-য়েন্না লাইরিক ইবা মকমস্তুং সরারেন অহুমমাগী চীং কোবস্তুং লুরাং সিমারিং নোঙ্গাকমস্তুং খোংজোমহুবী তরুকমাগী নোঙ্গাকমস্তুং পামং মরুস্তুং কোনলোয় লৈমনে। থমহুং মরোল অনিমা অসিবু লয়নুংদগী থমহুংস্তুং মপানগী থমহুংস্তুং অসাইগী মীগা লাইগা সেন্নবা অত নত্তে। অসাইগী মী ওইবা অংক অহুনা সেন্নবা থমহুং অনিমা অসিবু মীওইবা থৈপিরা থমহুং লৈতববু লৈএ হায়-হুনা নুংঙন-হুংসিহলএ।' লৈত্তে থঙও!!

তাউরোইনাইনা সিতম নাত্তমদৈগী বাবু হায়গে — পাম্বোইবীনা মারজিংবু নেকচহ্নুনা ইশল তাউরোইনাইবু চৈথীহ্নুনা হাংপিও হায়হ্নুনা মারজিংনা লৈকাই থাংস্নু নাহা লায়রবা টিমেন টাম্বায়বা সানা তাউরোইনাইনা অসৈ লোকলেন্দা কিকৌরম্বদা চৈথীরে। তাউরোইনাইদি সিত্তমলে। পাম্বোইবীনা ইশল তাউরোইনাইবু তুবি নতিক নত্তবনা নমোম ঐনা থারৈ কুমজু স লেমলৈ তারুসে হায়ববু পম্বৌ নত্তনা বাকনএ। নমোম ঐবু থারৈ কুমগে, মখৌ য়াঙ্কেনগে থাংরাই নিংথৌ মারজিংনা চেংলৌ মিংথিংস্তনো হায়হ্নুনা লয়কোয় তমএ। নাকনবম স্নুমাঙদা কয়হোঙবা সাহ্নুনা অয়াম্বা উগনি হায়না য়াইপন য়াই অমুববু কয়দা হুনজিন্দুনা উদনববু থোকখিএ। লাংসঙদা মরা ময়াঙ কন্থরমএ। কুমজিন ওল্লকপদা পাম্বোইবীনা নোংচু অহানবদা মপা তাউরোইনাইগী মমাঙদা লেপ্না চীরেল লাংয়েল অনি পানবা নঙবু লহাল তুবি নতিক নত্তবনা চৈপিবা অসিবু তুবি নরু হীকথববু লুস্তং নথল্লা সমজিননৌও! ভোং অচোইবস্তুং সংজিলংও! কুরাং অরেম্বনা তাইসিলও হায়না উথুম্না নাহেনৈএ। মমিংদি হুম তুম কৌএ। তিংয়িনা পাউহন্নৈএ। মমিংদি তিংয়ি সনা নহীং কৌএ। তাউরোইনাই মমিংদি তিল্লিহুপ পুনশং হিং হুপ কৌএ। লাইরেন সঙ তিল্লিহুপ কৌএ। অহুগা হিংলক্লে। তিল্লিহীং কৌএ॥ লাংসঙদগী হিংলক্লে, কংলাগী নমথাংদা কুপ্লে সিদম নাতম্বা লয়কোয় থানজাববু অহুৈঙগী তমএ॥

ঈশিংগী মথক্তা লৈবাক ওইরে, কে হায়না চুম্লাংনা উরোং ওইরে। মি খোঙশাংবীনা পরিং ওইরে। কৌব্রুনা চুপ শুইএ। মানা তোংবদি অতিংকোকপু তোংএ। খা-অরাং, নোংপোক-নোংচুপ মরিমাদা তিংলে, অতিংঙা সিদবদগী লম্মাবী অনিমা খোকএ। অনিমান পবিং মরিমাদা চেল্লে। চাকচাদি উকাক লূক চায়এ। অতুগী উ কাক-লাথা কৌএ। অসিবনা থিংঙ সাদনা লৈপাক হোইরে। লম্মাবী অনিমানা লম মরিমাদা খাঙবরা হায়না য়েল্লুইএ। চাকচাদি খাঙবলূক চায়এ। অতুগী খাঙবলম কৌএ। অতিয়া সিদবনা লম মরিমাদা করম্বদা লম রাংপা লৈ-রিগবনো হায়না য়েংলুইএ। লম্মাবী অনিমানা লোইরে তম্লরে। অতুগী চেংলিয়া কৌএ। লৈবাকশুং লোইরে অতুগী থিঙ্গু নমবোল নোই নোই কৌএ। চাকচাদি চীংনা সন চায়এ। অতুগী মেরা সন্দুবনে। সাসিন অহানবনে।

য়াইমবদি লৈসাংখেম লম্মাবীনে। সাসিন অকোনবদি সরাংখেম লম্মাবীনে। সাসিন অহুমমাদি অসিনে। সন মসেম্রে॥ লাইয়িংথৌ মহাক্তগী লাই পাখং মাপল খোকএ। লাইরুরা ৭ শুং খোকএ। লৈপাক নেংহলএ। লাই পাখং ৯ না চে ংনা চোংনা নেংএ। লাইরুম্নানা সিংনা সিংনা নেংএ। চুকোই সাবা ওই-খোকথিএ। য়ু, সা পিজরে। অতুগী য়ু থরুবা কৌয়ে। অতু-গৈঙগী লাইসনা কম্বান্দি পাখংবগা লাইসনাগা সঙ্গায়রেন্দা হিপলি-গৈঙদা লয়শুং থরুক অসৈবনা য়াহৌববু লাইসমানা লাইয়িংথৌ য়াহৌহিগুনো নিংথৌ নহিসাং কমথৌ নঙাইরোইশিংবু লৈতরিএ

হায়না থোখাবখিএ। পাথংবনা মহাক্তগী লাইকংথৌ মাপন চিংথোক্লে। ১ দি লাইয়িংথৌ হনবনে। ১ দি থমাংবনে। ১ দি মোংবা হনবনে। ১ দি চাখাবনে। ১ দি নাউকনবনে। ১ দি মুরা নিংথৌনে। ১ দি মুরাং পুক্সিবনে। ১ দি মারঝিংনে। ১ দি কৌব্রনে। লাইকংথৌ ৯ মাদি অসিনে। ৯ মা অসিনা মীদা সিন্নবদি খুনফাংথৌ ৯ মানে। ১ দি খাইরাকপনে। ১ দি বাংথৈরাকপনে। ১ দি নোংথোনবনে। ১ দি পুথ্রনবনে। ১দি য়াইসকুল লাকপনে। ১ দি অহল্লুপ লাকপনে। ১ দি নাহারুপ লাকপনে। ১ দি হিয়াংলোই হজবনে। ১ দি চোঙখানবা হনজবনে॥ পাথংবগী নিংথৌ মহিসাং কমথৌ মঙাইরোই, লাইফংথৌ ৯ মা, মী খুনফাংথৌ ৯ মা হায়বদি অসিনে। লাইসনা ফম্রে।

পোইরৈ খুনফাংথৌ ভয়ম নাইফাংথৌ কৌবদি স্তুপ্পা ৬১ নে। পাথংবনা কংলাদা ফম্নবদি লাইফম্না লাইথোংদা লাইফংথৌ ৯ মা ওইনা ফমলে। খাবম্না খাথোংদা খুনফাংথৌ ৯ মা ওইনা ফম্রে। অহুগী খাবম লাইফম কৌএ। লৈবাক্তি কৈদোম মরিনে। কৈদোম অহুবদি থঙদে। কৈদোম অমত্তা হায়না থম্নম্বু বারীজবনে॥ হা খা-ও! তেতু মী-ও! মী-তু! সা-ও সংতে। ভমও! ভমদে। লু-ও! লুদে। য়োং-ও! য়োংতে। চাউও! চাদে। খা-ও! তে তু লা হা হা খা!

# লাইচৎ-লাইয়াৎ

হৌজিক্তি লাইচৎ লাইয়াৎ হায়গে। সরায়েন্না মুরা নিংখৌ কৌনা লাঙ্গোল চীং মতোন্দা মমায় অৱাং পাংনা ঙাক্লিএ।

কৌক্রুনা থাঙবৈপন্দা মমিং হুই কৌনা অৱাং পাংনা থাঙ মচু অঙৌবা শূনা ঙাক্লিএ। লাঙ্গোল চীং নোংচুপ পাংবদগী চেন-খিবা লোক অহুনা লুৱাংয়িদা তারুবা অহুদা নুং খুদেং অমা ঈসিং মহুংদা লৈবনে। নিংথৌ থাংয়িবগী মতু লুৱাং নিংখৌমচা তোইবী লৈমগী লাইসেং পাংনে। অহুদা লাইখুং খুংবা মীসিংনা ইরুজবা কংজমবদি লাইখুং কোকদনে।

নোংচুপ অরিবনা লাংচিংদা মমায় নোংচুপ পাংনা ঙাক্লিএ।

নগোনপন্দা কোম্বৌচম লাইরেম্মনা ঙাক্লিএ। হরিংখোং-থান্দা হৈস্নাম লাইরেম্মনা ঙাক্লিএ। সৌক্রা পম্বোংদা নোংপোক্না ঙাক্লিএ। থুরাই মরক্তা পুরৈরোম্বনা ঙাক্লিএ। মুমজাউপী কাদি মাপন মুবনে। মহুংদা খোং অহুমমাগী মকোক লৈএ। মমাঙ কাদা অঙৌবা পুরৈরোম্বনা লৈএ। মনিঙ কাদা লুৱাং লংমাইবনা লৈএ। খোইয়ম লংবা অপানবা সনা তরংবনা ময়ায় লপয়ান কাদ। পরিং কামল মথক্তা ফম্মা লৈএ। পরিংনা খোং অহুম্মকী মকোকশু ন্না লৈএ।

কারলদগী নোংপোক পাংনা লম অমগা য়াংমগী খোম তমও অতুগী মপাদা ডায়ান লৈএ। ডায়ান অতুমক পাখংবগী খায়াৎনে। তুরেলগী লুতিন্নে। লাইখোংনা কোনলিএ।

খোংসা অমা থাইথবনা খোং মমিংদি মাখি কৌনা চৎখিহুনা কাংপোকপী ফাওএ। মমায়না য়ায়চৈ ফাওএ।

য়ুমজাউদগী কংলা তমনা খোঙকাপ ৬৭ চৎলবগা খূৎতুপ ১ কাপলেন ১ তোঙ। লাইখোং লৈবনে। য়ুমজাউগী খাংলেনদি লম ৬ নে। য়ুম ময়ুংদি লম ২২ খূতুপনে। য়ুমজাউদগী সঙ্গায় লপলেন কা তন্না ওল্লো ময়ায় মতমদা নূং ১ লৈবনে। লৈবাক চাউনবা নূংনে। লাই পাখংবগী থূদানে। নেৎপদি নেৎহৈদে, লেপ্নসুং লেপহৈদে। সঙ্গায়দগী খা থংবদা সনখোঙ মরিনগা ২ মাগী মরক্তা লাংকম ১ লৈবনে। নূং অকোয়বা ১ খূৎতুপ ৩ লুনা লৈবনে। কুরু মঙাগা মৈদিংঙু হোংনেম য়োইখুজাউগা ঙাঙনবা ১ কমনে। অতুদি উগুনো। উহৈদে। য়ুমসকৈসগী অহিংদা অহাউ অথুম কংনা থুরুমও। নিঙবা থুংবনে।

সঙ্গায় পুনশিবদগী মোইরাং লাইচি পাংবা লম ১৭ ওম্নোকও য়োইমোংবনা সরারেনবু ঙাংনবা মকমনে। চাহুইপোকপী খূতপ ৫ তমও। নোংপোক পাংনা নূং অঙাংবা অমা লৈবনে। অতুদি লৈনূংদসুং লৈএ। পান্দসুং থোকএ। অতুদি নিংখোনা মকমদা লাই নিঙহুনা ইনলেঙ লেঙবদা লাংও। পোৎয়াউদি ওক মমায় তাঙবা অমনা লাংও। মুন্না হা-ও কবনে। খা পাৎকী লিনথুপ্লে। খা পাৎকী মমৈদি ঙাহাকম ঈরেন ফাউএ।

ভাহাপুংলগী নোংপোক পাংনা লম ১২০ ভমথবা অছুদা ভাচাপুং লৈএ। অনিমানা থুঙ্গা ময়ায়দা ভাসাপুং লৈএ। সনা অহিংবা পুনা, লুপা অহিংবা নামা ও মানা য়েক্কমগী মফুংদা মচিল য়ৈথাইছুনী হাপও। ভিংথৌ মপোপ ও খেংলো। চেঙ হাপতুনা থয়োম ওইনা লায়োল ও না য়োংগ্না। লৈপাক খুংপোম ভন্না তৌয়ো।

"ভানিংথৌবু হান্না কারকও তাউ তাউ হিং," না সোলও। অছুগা থয়োম লাকও। ঈসিং খোক্কদনে। অছুগা ভা ওনগনিএ। শীন্থম কৌবনে। শীম্থম নত্তে। মহাক্তি কোম্নুংগী চুপনে। থঙও।

নোংপোকী চুপতি নোংমৈপুংনে। মাগী নোংচুপ থংবদা লম ৬০ চংলবগা পাং অমা ১ লৈবনে। পাং অছুদি কোম্নুং খোঙনে। অছুগী থা নোংচুপ থংবদা থুরাই মরু লৈবনে। অছুদি কদোনদে। লাইকম থঙনবদনে। মমায়দি কোংবা ইয়ানকম অবাংগী নোংপোক লৈয়ায়দা উচুং ওইনা ফাউরিবনে। চিঙ্গাংবা খোংনাংগী অবাং পাংবা লাইরেল্লাকপম থংবদা লমজাউ কৈনা উকু খোং ১ লৈবদো কম্পো পুংকী মরিম্নে। য়াউবৈবী ফাউএ। লোক থুংবা চহি ও শুনা থুংলবদো ভমু অচঙবা অমগী ময়াদা কোনয়াই অশেংবা পু অমা হাপতুনা সগোলসেনবী হুমিং খোক্কপদা নমায় চিংথৈ পাংনা থাদোক্কনা সোলও।

"লোক্রৈমা নঙগী ঈয়াংনে।" হায়না খুরুম্নমও। কবনে।

কোম্নুংগী অবাং চিংথৈ পাংবা কাচিন্দগী মুমজাউ পাংনা য়েংবদা লম ৩৬ ভমসিল্লকও। লৈপাক খুতুপ ও লুনা তৌও। নুংপাক

অকোয়বা অমা লৈগদনে। সরাঙ্গেন অরিবা ৩ মাগী কপীনে। নুং মথাদা সনা সঙ্গায় লৈগদনে। অদুদি মকমদা নেংনা ডাক্লবদি লেপ্লমক ৬ নিদা লৈনা চাগদনে। থঙও॥ থুম্মুক্তি কেক্রুং-পায়ে অদুদা নুং লৈবনে ২ মাগী মপা চুমও। ময়ায়মক্তা লাইথোং লৈএ। কেক্রুপান্দা নিংথৌ মপুখিবগী মচা ২ মানা কৃষ্ণা মকম লৈএ। অদুমুং লম থঙনবনে। কদৌনদে॥ চীংবৈরোংদি চুপনে। কবো লৈকাই থুল্লক্তা ইরৈ ২ না চেল্লিবা খোংদো মখিগী খোংসানে। পোংসঙবা সঙলাংমৈগী মেন্দা লৈবা নুং অদুদি থা-গেম্বনা অহল্লুপ লাইকয়ু পুহনবা নুংনে। অবাং লম চিংদাইদগী পুরুবনে। থাবম লোইসঙদা লৈবা নুংদি ডাচোই নানবা সারাবনা থাবম লাক্লবদা নাহাক্লপ থাবম্বা লৈমরোক্তগী পুবনে॥

কেক্রুপান্দা লৈবা নুংদি চরাইরোংবনা থয়োং মরুদগী পানা ৪ মারু পুহনবনে।

চারাপ খুংমায়গী সনথোঙ ময়াদা লৈবা নুংদুদি পাখংবনা পাউডাক হিথেন্দগী থাডখংক্লমা চিংজেং নায়ন পাজনবনু নম্লা লৈ-রনে।

নুংচেংদগী নুংদি শুরু সিদবগী মরুনে।

য়েনকাউপুংদা লৈবা নুংদি পুরৈরোম্বগী নাউকমনে।

নুংগোয়বীগী নুংদি য়াউরৈ মচিন-মনাউগী য়াপঙনে।

লাইকমদা লৈবা নুংদি মঙাংগী থবাকনে।

থু মুং চোক হা পা সনানা য়াখাদা নুপানা য়াখক্তা হাপও। অদুগা প্যান্না অমা সেপায়দুনা কুপও। ন্যাজোন অমা পান্না

হুমিৎপু খুরুমও। সোলও। অমুবা অমা তারককদনে, মুহিনে। নৈবা খৈবিক সুনা লাইরিক্তা লময়েল্লবনে। অহু য়েংছুনা নদোম মথিজোও॥

"ওঁ শ্রীঅঙ্গো অনঙ্গো তনং তনৈতা তনং চিরি চিরি চিরি উপ্পী খিং হীং নপ্ তে তে নপন্থ সপ্সিললেং," মন্ত্র খৈবিক্লা ময়াই কন্দ্রবদা অসিনা হাপ্পা সোলও।

হে লাইয়িংথৌ নোংপোক অপানবা নঙনা সৃজীংগী মতোন্দা লিক্লা পুনগী মঙুংদা তিংগোংনা তৌবগুম কুনডৈগী রানে। নমিংদি হীং য়াই মনিক কৌবনে। হে নোংপোক নমিংদি মী মনিক কোবনে। সোয়য়াম রানে।

লোইরবা।

অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং :—

১। ওনাংপোক লৈপেহৌচিং—শোক ১৯৫৮ ইং
২। মোইরাং খাংজিংগী চিংগোই—জুন ১৫।৪।৫৮ ইং
৩। থৈরা কথা—শোক ১৯৭৩ ইং
৪। থৈথৈ মরেক মগী— ১৯৮০—৮১ ইং
৫। খজিতু চৈরাওবা—শাক ১৯৮১ ইং, মার্চ

অইবগী ফোংদ্রবা লাইরিকশিং :—

১। নুংলোন
২। পাম্বোইবী লোঙজুম
৩। পাথংবা কম্বাল